# শ্রীশ্রীসৌভাগ্য লক্ষ্মী

অনুবাদক :
লে: শ্রীফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা
ফ্রিডম ফাইটর
শগোলবন্দ মন্য লৈরক নিবাসী
ইম্ফাল।

ফোংজবা ঃ

শ্রীফুরাইলাৎপম চূড়ামনি শর্ম্মা

মমল লুপা




ফংফম ঃ

ফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা

শগোলবন্দ মন্য লৈরক।

ছাপা তৌফম ঃ

মুখি প্রিন্টিং সেণ্টর

শিংজমৈ কৈথেল মথা ( ইম্ফাল — ইণ্ডিয়া )

# ৱাহৌদোক

## শ্রীসৌভাগ্য লক্ষ্মী

বেদ গর্ভ: গুরুংবন্দে কৌশিকজং শাস্ত্রিণংতম্
কালীচরণ বর্ম্মাণং তং পদ্ম শ্রীবিভুষিতম্ ।

**ৱাহৌৱোক —**

যো ধর্ম্ম শীলো বিজিতেন্দ্রিয়শ্চ
বিদ্যা বিনীতো নপরো পতাপী ।
প্রগর্ব্বিতো যশ্চ জণানুরাগী
তস্মিন্ সদা তং পুরুষে বসামি ॥

ধর্ম্মবু পাংজব মীন পুক্নিং কাকশিনব অমদি মিং, নাংচিংব য়েংকম চুম্ন য়েংব, তাকম থোকপদমক তাব অতৈদদি পুক্নিং থিংজন্দব, মহৈ তৈব, নাপল তৌদব, থৱাইপানবশিংগী নুংঙাইবব অদু উনীংব, অতেপ্পদ অৱাব পিনীংদব। হে কৃষ্ণ! নুংঙাইবগী মশক ওইব অদুগুম্ন য়ুম অদুদ ঐন লৈ অসি লক্ষ্মীগী য়াথংনি।

লৈবাক অসিগী প্রজাশিংন অৱাং অপা নুংঙাইনন পাম্ব পামজবদগী সৌভগ্য কোবী শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী লাইরিক অসি পারুবদগী ইরোল্দ অনুবাদ তৌজবনি লাইবিক অসিদ

হায়রিব নিয়মশিং অসিগী মতুংইন্না চৎলবদি বাৎক্ত-পাদব লৈবাক অমা ওইগনি হায়বগী খাজব অমা ঐগী পুক্কিংদ ফাউরকই। লাইরিক অসিদ হায়রিব নিয়মশিং অসি ঙাক্লবদি থকশি খাসী লৈব লন্-থুম বাক্তব লৈবাক অমা ওইরগনি লৈবাক অসিন মুংঙায়বত্থু উজনীংদুন ইরোম্দ হন্দোকচবনি। লাইরিক অসিবু য়ুম য়ুমদ থম্বীরবদি লক্ষ্মীন লেংদন লৈবিগনি হায়ব অসি লক্ষ্মীগী য়াথংনি, লাইরিক অসিদ অশোয় অঙাম য়াউব লৈরবস্থু মথংদ চুমথোকচগে পণ্ডিতশিংগী পুক্কিং চিংশিজরি।

খোজাল পামজব :

অনুবাদক : শ্রীফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা

ফ্রিদম ফাইটর তাম্রপত্রিক।

# লক্ষ্মী পুজা

ত্র্যহস্পর্শ, সংক্রান্তি, নন্দ., দ্বাদশী অমসুং ত্রয়োদশী নত্তবা থুমিত্ত থা পাংথংলকপগী শগোলশেল থুমিত্ত নত্রগ লোংযাইজিং থুমিং অমসুং নিংথৌকাব থুমিত্ত লক্ষ্মীগী পূজা তৌগনি মরম অয়াম্বদা শগোলশেল থুমিত্তদা লক্ষ্মী পূজা তৌব চংনরি।

পুক্লিং শেংনা কম-কমদা কপ্লগা আচমন তৌব লোইরগ স্বস্তি বাচন তৌগনি। অহুদি :— ওঁ কর্ত্তব্যেহস্মিন শ্রীলক্ষ্মী পূজা কর্ম্মনি ওঁ পুণ্যাহং ভবন্তো ব্রুবন্তু ইতি ওঁ কর্ত্তব্যেহস্মিন্ শ্রীলক্ষ্মী পূজা কর্ম্মনি স্বস্তি ভবন্তো ব্রুবন্তু ইতি। ওঁ কর্ত্ত-ব্যেহস্মিন্ শ্রীলক্ষ্মী পূজা কর্ম্মনি ঋদ্ধি ভবন্তো ব্রুবন্তু ওঁ ঋদ্ধ্যতাম্ ওঁ ঋদ্ধ্যতাম ওঁঋদ্ধ্যতাম্ ইতি পঠিত্বা, সংকল্পং কুর্য্যাৎ। যথাবিষ্ণু রোঁতৎসদদ্যেত্যাদি অমুক গোত্রঃ শ্রীঅমুক দেব শর্ম্মা শ্রীলক্ষ্মী প্রীতি কামো লক্ষ্মী পূজামহং করিষ্যে (অতোপ্লগী তৌরগনা) অহংকরিষ্যামি হায়গনি। সংকল্পগী সূক্তসু পাঠ তৌগনি অদুগা গণেশনচিংবা পঞ্চ দেবতা পূজা তৌগনি অমসুং শ্রাং অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ" শ্রীংতর্জ্জনীভ্যাংস্বাহা, শ্রাংমধ্যমাভ্যা বৌশট, শ্রেং আনামিকা, ভ্যাং, হুং শ্রোং কনিষ্ঠিকাভ্যঃ ষট্, শ্রঃ অস্ত্রায় ফট শ্রীং হৃদয়ায় নমঃ শ্রুং শিরশি স্বাহা, শ্রেং শিখায়ৈ বৌষট্ শ্রোং কবচায় হুং শ্রী অস্ত্রায় ফট্। তত্ত প্রথমে কুর্ম্ম মুদ্রয়া পুষ্পং গৃহীত্বা দেবীং ধ্যানং ওঁ পাশাক্ষ মালকাম্ভোজ সৃণিভির্ষদ্য সৌম্য য়োঃ।

পদ্মাসন স্থাং ধ্যায়েচ্চ শ্রিয়ং ত্রৈলোক্য মাতরম্। গৌর-বর্ণাং সুরূপাঞ্চ সর্ব্বালঙ্কার ভূষিতাম্। রৌক্স পদ্মব্যগ্রকরাং বরদাং দক্ষি ণেনতু ইতি ধ্যাত্বা। গন্ধ পুষ্পাভ্যাং গৃহীত্বা মন্ত্রেন সহ উপচারানি নিবেদনং—আসন প্রথমে রজতাসনং গৃহীত্বা "রংএতস্মৈ রজতাসনায় নমঃ" ইতি আসন শোধ নং 'এতে গন্ধ পুষ্পে এতদধিপতয়ে দেবায় ওঁ শ্রীবিষ্ণবে নমঃ নারায়নে গন্ধ পুষ্পং সমপনং "ওঁ এতৎ সম্প্রদানৈ্য ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নম ইতি পাঠনং "ওঁ আসনং গৃহ্ন দেবেশি যত কৃতং শোভনং ময়া।

সর্ব্ব কামফলং দেহি হরিপ্রিয়া নমোঽস্তুতে। এতৎ রজতাসনং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নম ইতি মন্ত্রেণ দেবীং নিবেদয়েৎ। স্বাগতম্ ওঁ ভূর্ভুব স্বর্ভগবতি শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেবি স্বাগতাং সুস্বাগতং কুশলংতে।

ওঁ স্বাগতান্ন গৃহীতোঽস্মি সুস্বাগতমিদং শুভম। প্রসন্ন ভব দেবেশি কৃপাং কুরু হরিপ্রিয়ে॥ পাদ্যং—পাদ্য গ্রহনং কৃত্বা উপরোক্ত ক্রমেন অর্চ্চনং কৃত্বা "ওঁ পাদ্যং গৃহাণ দেবেশি সর্ব্বদুঃখোপহারকম্। ত্রায়স্ব বরদে দেবি নমস্তে বিষ্ণুবল্লভে॥ এতৎ পাদ্যং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নম ইতি। অর্ঘ্য-অর্ঘং গৃহীত্বা 'ওঁ দুর্ব্বাক্ষ তসমা যুক্তং গন্ধ পুষ্পং তথা পরম্।

শোভনং শঙ্খ পাত্রস্থং গৃহাণ দেবি সৌখ্যদে॥ ইদমর্ঘ্যং (যজু. – এষোঽর্ঘ্যং) ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ।" আচমণীয়ং · ওঁ মন্দাকিন্যাস্তু যদ্বারি সর্ব্বপাপহরং শুভম্।

গৃহাণাচমণীয়ং তং ময়া ভক্ত্যা নিবেদিতম্॥ ইদমাচমণীয়ং ওঁ শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ।” মধুপর্ক—ওঁ মধুপর্কং মহা দেবি ব্রহ্মাদ্যৈঃ পরিকল্পিতম্। ময়া নিবেদিতং ভক্ত্যা গৃহান বিষ্ণুবল্লভে॥ এষ মধুপর্কঃ ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥ পুনরাচমণীয়ং উচ্ছিষ্টোহপ্যশুচির্বাপি যস্যাঃ স্মরণমাত্রতঃ। শুদ্ধি মাপ্নোতি তস্যৈতে পুনরাচমণীয়ং॥ ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ। স্নানীয়ং—ওঁ জলঞ্চ শীতলং স্বচ্ছং নিত্যং শুদ্ধং মনোহরম্॥ স্নানার্থং তে প্রযচ্ছামি হরিপ্রিয়ে প্রগৃহ্যতাম্॥ ইদং স্নাণীয়জলং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥ বস্ত্রং— “ওঁ সু শুভ্রং পরমং দেবি সুন্দরং সুমনোহরম্। ময়া নিবেদিতং ভক্ত্যা বস্ত্রংতে প্রতি গৃহ্যতাম্॥ ইদং বস্ত্রং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥ রজতাভরণং ওঁ দিব্যরত্ন সমাযুক্তং বহ্নিভানু সমপ্রভা। গাত্রাণি শোভয়িষ্যন্তি অলঙ্কারাস্তে শুভে॥ ইদং রজতাভরণং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥ গন্ধ— শরীরস্থেন জানামি চেষ্টাং নৈবচ নৈবচ। রক্ষমাং সর্ব্বতো দেবি গন্ধা নেতান্ গৃহাণ চ॥ এষ গন্ধঃ ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥ ‘পুষ্পঃ’—পুষ্পং মনোহরং রম্যং সুগন্ধি দেব-নির্ম্মিতম্। হৃষ্টমদ্ভুত মাঘ্রেয়ং গৃহ্যতাং বিষ্ণুবল্লভে ইদং পুষ্পং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ। “ধূপং” ওঁ বনস্পতি রসোদ্দিব্যো গন্ধাঢ্যঃ সুমনোহরঃ। ময়া নিবেদিত ভক্ত্যা ধূপোহয়ংপ্রতি গৃহ্যতাম্॥” এষ ধূপঃ ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ। দীপং — ওঁ অগ্নি জ্যোতিরবি॥ জ্যোতিশ্চন্দ্র

জ্যোতিষা চৈবহ্ন। জ্যোতিষা মুক্তমো দেবি দীপোহয়ংপ্রতি গৃহ্যতাম্। এষ দীপঃ ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥ "নৈবেদ্যং— ওঁ নৈবেদ্যং ঘৃত সংযুক্তং নানারসসমন্বিতম্। ময়া নিবেদিতং ভক্ত্যা গৃহাণ সুরপূজিতে॥ ইদং সো পকরণা নৈবেদ্যং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥ "ফলমূলাদি— ফলমূলানি সর্ব্বাণি গ্রাম্যারণ্যানি যানিচ। নানা বিধ সুগন্ধীনি গৃহ্ণ দেবি যথা সুখম্ ইদং ফলমূল নৈবেদ্যং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥" 'রচনা' — ওঁ নানা ফল সমাযুক্তং আনানস সমন্বিতাম্। রচনাংস্ত প্রকল্পামি গৃহাণ পরমেশ্বরি॥ এষ রচনা ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥" তাম্বুলং— ওঁ ফল পত্র সমাযুক্তং কর্পূরেণ সুবাসিতম্। ময়া নিবেদিতং ভক্ত্যা তাম্বুলংপ্রতি গৃহ্যতাম্। এতৎ তাম্বুলং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥" সিন্দুরং— ওঁ সিন্দুর সুন্দরং দেবি ভর্ত্তুরায়ুর্বি বর্দ্ধনম্। সর্ব্বস্ত্রাধিকংদিব্যং সিন্দুরংপ্রতি গৃহ্যতাম্॥ ইদং সিন্দুরং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥" পুষ্পমাল্যং— ওঁ সূত্রেণ গ্রথিতং মাল্যং নানা পুষ্প সমন্বিতম্। শ্রীযুক্তং লম্বমানঞ্চ গৃহাণ বিষ্ণুবল্লভে॥ ইদং পুষ্পমাল্যং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥" অন্নং - ওঁ অন্নং চতুর্বিধং দেবি রসৈঃ ষড়্‌ভি সমন্বিতম্। উত্তমং প্রাণদং চৈব গৃহাণ মম ভাবতঃ॥" ইদমন্নং ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ॥" অন্ননিবেদনং কৃত্বা ধেনুমুদ্রা যুতী কৃত্বা গ্রাসমুদ্রয়া প্রদর্শয়িত্বা আচমনার্থং জল দানং মূলমন্ত্র ( শ্রীং ) জপং কুর্য্যাৎ

ভক্তং চাক করগা ধেন্নুমুদ্রা অমৃতীকরন তৌরগা পঞ্চগ্রাস মুদ্রা উৎলগা আচমনীয়দমক ঈশিং কৎলগা ( শ্রীং ) হায়বা মূলমন্ত্র জপ তৌগনি মথংদ আচমন ঈশিং কংকনি। মথংদা যুবী চেংপাক্সা নৈবেদ্য কংলগা লৈ খুজোক 'অছুম কচু্না খুরুমগনি অহুদি :—

ওঁ বিশ্বরূপ স্য ভার্য্যাসি পদ্মে পদ্মালয়ে শুভে।

সর্ব্বতঃ পাহিমাং দেবি মহালক্ষ্মী নমোঽস্তুতে।

মথংদা "ওঁ ইন্দ্রায় ইহাগচ্ছ ইহাগচ্ছ অসিনচিংবনা ইন্দ্রগী আবাহন তৌরগা ধ্যান তৌগনি। ওঁ ইন্দ্রায় নমঃ" অসিনা পোং পুম্নমক কংকনি অহুগা পুষ্পাঞ্জলি কংলগা খুরুমগনি।

ধ্যানম্—

ওঁ চতুর্দ্দন্তো গজারূঢ়ো বজ্র পাণিঃ পুরন্দরঃ।

শচী পতিশ্চ ধ্যাতব্যো নানাভরণ ভূষিতঃ।"

পুষ্পাঞ্জলি মন্ত্র—

ওঁ বিচিত্রে রাবত স্থায় ভাস্বৎ কুলিশ পাণয়ে।

পৌলোম্যা লিঙ্গিতাঙ্গায় সহস্রা ক্ষায়তে নমঃ॥"

প্রনাম -

ওঁ ইন্দ্রস্ত মহসা দীপ্তঃ সর্ব্ব দেবাধিপো মহান্।

বজ্রহস্তো মহাবাহু স্তস্মৈ নিত্যং নমো নমঃ।"

মথংদা কুবের ইহাগচ্ছ ইহাগচ্ছ অসিনচিংবা মন্ত্রনা অসিনা কুবেরগী আবহন তৌরগা ধ্যান তৌগনি।

ধ্যানং —

ওঁ কুবেরং মনুজং খর্ব্বং কিরীটং পীত বাসসং প্রসন্নবদনং

দেবং যক্ষগুহ্যকসেবিতম্ ॥"

ওঁ কুবেরায় নমস্তুভ্যং নিধিপদ্মাধিপায়চ।

ভবন্তু ত্বং প্রসাদন্মে ধন ধান্যাদি সম্পদঃ।

যথাসাধ্য লক্ষ্মী চরিত্র অসি পাঠ তোগনি। ওঁ শ্রীং শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেব্যৈ স্বাহা" মন্ত্র অসিনা হৈখাগোক মনা অমমম কংকনি। পূর্ণ পাত্র অতু খুং ওইনা শাররগ "বংএতস্মৈ পূর্ণ পাত্রানু কল্প ভে জ্যায় নমঃ" মন্ত্র অসিনা কুশনা ঈশিংন থিজ্রগা শেংলবা অতুদা "এতে গন্ধ পুষ্পে ওঁ পূর্ণ পাত্রানু কল্পঃভোজ্যায় নমঃ" কুশনা ঈশিংনা পূজা তৌরগা "এতদধিপতয়ে দেবায় ওঁ বিষ্ণবে নমঃ এতৎ সম্প্রদানায় ব্রাহ্মনায় নমঃ' মন্ত্র অসিনা শোক্লগা কংনবা সংকল্প তৌগনি অতুদি :—

ওঁ বিষ্ণুর্ব্বোঁ তৎসদদ্য অমুক মাসি অমুক রাশিস্থে ভাস্করে অমুক তিথৌ অমুক বাসরে অমুক গোত্রঃ শ্রী অমুক দেব শর্ম্মা কৃতৈতৎ শ্রীলক্ষ্মী পূজা কর্ম্মনঃ সাঙ্গ তার্থং দক্ষিনাসিদং পূর্ণ পাত্রানু কল্প ভোজ্যং শ্রীবিষ্ণু দৈবতং যথা সম্ভব গোত্র নাম্নে ব্রাহ্মনে অহং সম্প্রদদে।

# লাইরিকসিদা য়াওরিবশিং

# শ্রীসৌভাগ্য লক্ষ্মী

## সৌভাগ্য লক্ষ্মী—লাইবকফবী লক্ষ্মী
## মণিপুরী অনুবাদ

বেদগর্ভ: গুরুংবন্দে কৌশিকজং শাস্ত্রিণংতম্
কালীচরণ বর্ম্মাণং তং পদ্মশ্রীবিভূষিম্ ।

শুক উবাচ—শুক মুণিনা হায়খি—

মেরু পৃষ্টে সুখাসীনাং লক্ষ্মীং পপ্রচ্ছকেশবঃ
কেনোপায়েন দেবীত্ত্বংনৃণাং ভবসিনিশ্চলা ॥১॥

বৈকুণ্ঠগী মথুংগো হরিন সুমেরুগী মথক্তা লক্ষ্মীগ লোইনন তাম্বোইখি । মখোয় অনী বারি শান্নবদ লক্ষ্মীদ হংখি—দেবি! করি থবক তৌরগ নংন মীওইবগী য়ুমদ লেংদন লৈগনি? ঐনা অদু খংনিংঙি ॥১॥

শুভ্রাঃ পারাবত যত্র গেহিণী যত্র চোজ্জলা ।
অকলহাস্থিতা যত্র তত্র কৃষ্ণ বসাম্যহম ॥২।

লক্ষ্মীনা হায়খি - হে কৃষ্ণ! য়ুম অদুদ থুমু অঙৌব লৈব, য়ুমগী মুপী মশক ফজবী অমদু য়ুম অদুদ খংনদব (অবাব) লৈতব য়ুম অদুদ ঐন লৈ ॥২॥

ধান্যংস্বুবর্ণ সদৃশং তণ্ডুর্লংরজতোপমম্ ।
অন্নৈঞ্চেবাতুষং যত্র তত্র কৃষ্ণ বসামাহম্ ॥৩॥

হে কৃষ্ণ । য়ুম অত্তুদ সনাগুম্ন ফজব ফৌ লৈব অমস্তুং চেংন লুপাগুম্ন ঙৌনা লৈব অহুগুম্ব য়ুন অদ্দুদ চেং অহুগী মন্নুংদ বাইকুপ মরীক্ অমত য়াউদনা লৈব, য়ুম অত্তুদ এৈনা মতম পুম্নমক্ক লৈ ॥৩॥

যঃ সদ্বিভাগী প্রিয় বাক্য ভাষী
বৃদ্ধো পসেবী প্রিয় দর্শনশ্চ ।
অল্পপ্রলা শীনচ দীর্ঘ সূত্রী
তস্মিন্ সদাহং পুরুষেবসামি ॥৮॥

মী অহুনা অচাপোংকি গনাক্তা ফম্নগ মীগী শরুক খায়-দোকপ, মী অহুন খোন্দা নুংশিব অহল লম্মলগী সেবা তৌব, পুক্নিং লুব, কুহু লংব, বারেম ঙাংদব ।উরোক বুম্ব মী অহুন অভম্ব লৈতব, হে কৃষ্ণ । মতম পুম্বদ এৈনা নিপা অত্তুদ লৈ ॥৪॥

যো ধর্ম্ম শীলো বিজিতেন্দ্রিয়শ্চ বিদ্যাবিনীতো
অগর্ব্বিতো যশ্চ জনানুরাগী নপরোপতাপী
তস্মিন্ সদাহং পুরুষে বসামি ॥৫॥

হে পুরুষোত্তম ! ধর্ম্মদ পুক্নিং চংব, ইন্দ্রিয় থুহুম চনব অমস্তুং ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু লাকশিনব, মহৈ হৈব, নোম্লকপ, নাপল তৌদব থরাই পানব পুম্নমকপু নুংশিব. অতোপ্পদ নুংঙায়তনব তৌদব. মীবু জবাব পিদব মী অদুদা মতম পুম্নমক্ক এৈনা লৈ ॥৫॥

চিরংস্নাতিদ্রুতংভুঙক্তে পুষপং প্রাপ্যনজিঘ্রতি।
যোনপশ্যেৎস্ত্রিয় ন গ্লাংনিয়তংসচমেপ্রিয়ঃ ॥৬॥

মী অহুন ইকুজবদ মতম কুইহনব, চাবা মতমদ মতম চংন চাব, মী অহুন লৈ-লৈরগ মনম নমদব, মকি পেত্তব, মুপীবু উরগ য়েংদব। হে কৃষ্ণ! মী অহুদা ঐগী অপেনবনি ॥৬॥

ত্যাগ: সত্যঞ্চ শৌচঞ্চ ত্রয়মিতি মহাগুণাঃ।
যঃ প্রাপ্নোতি গুণানেতাং শ্রদ্ধাবান্ সচ মেপ্রিয়ঃ ॥৭॥

অশেংব অচুম্ব অ-স্নুং পিথোকপ অহুম অসি অথোইব গুণনি, মী অহুন গুণ পুম্বগী লৈকমনি অমস্তুং মঙোন্দ থাজব লৈ হে বৈকুণ্ঠনাথ! মী অহুস্তু ঐগী থোইন মুংশিবনি ॥৭॥

সর্ব্বলক্ষণমধ্যেতু ত্যাগএব বিশিষ্যতে।
কালেদেশেচ পাত্রেচ সচ ত্যাগঃপ্রশস্যতে ॥৮॥

থুদম অছমশিং অসিদ পিথোকপ হায়ব অসিন অহেম্বনি হায়গ্রে অহুদ মফম মতম অমস্তুং মতীকচাব থেন্নব লৈন পিথোক্লবদি পূম্নমক্ত অথোইব দাননি অমস্তুং অথোইব মহৈ পি। মী অহুন দান তৌবগী অথোইবনি অহুবু ঐগী অথোইব মুংশিবনি ॥৮॥

নিত্যমামলকে লক্ষ্মীর্নিত্যংতিষ্ঠতি গোময়ে।
নিত্যংশঙ্খেচ পদ্মেচনিত্যংশ্রীঃশুক্লবাসসি ॥৯॥

লক্ষ্মী ঐন মতম পুম্নমক্ত হৈক্রু পাম্বীদ লৈ, সঙ্খ, মোইখুং, অমদি থম্বাল অমহুং ফি অঙৌরশিংদ লৈ ॥৯॥

বসামি পদ্মোৎপল শঙ্খমধ্যে
বসামি চন্দ্রেচ মহেশ্বরেচ।
নারায়নে চৈব বসুন্ধরায়াং
বসামি নিত্যোৎসব মন্দিরেষু ॥১০॥

হে নাথ। ঐন মতম পুন্নমক্ত থম্বাল, থম্বাল অঙাংব অমসুং মোইবুংদ লৈ। থাগী মকোইদ অমসুং মহাদেবদ লৈ, শ্রীনারায়নগী থমোয়দ লৈ, মন্দিরদ অমসুং পৃথিবীদ মকম-মকমদ নুমিৎ খুদিংগী কুম্মৈ তৌহুন লৈব, অহুম-অহুম মফমদ ঐন লৈ ॥১০॥

যথোপদিষ্টং গুরু ভক্তি যুক্তা
পত্যুর্ব্বচো নাক্রেসতে চনিত্যাথ্।
নিত্যাঞ্চ ভুংক্তে পতি ভুক্ত শেষঃ
তস্যাশরীরেনিয়তং বসামি ॥১১॥

নুপী অহুন শাস্ত্রন হায়ব হৌনবী মতুং ইন্না গুরুদ ভক্তি লৈব, নুপী অহুন শিরমদাই য়োরফাউবদ মপুরোইবগী য়াথং হিক্লোক্তব, মপুরোইবন চাব লোইরব অরেম্ব চাবী ওইব। হে লাইগী লাই ওইব! ঐন নুপী অহুগী মশাদ মতম পুন্নমক্ত লৈ ॥১১॥

তুস্টাচধীরা প্রিয় বাদিনীচ
সৌভাগ্য যুক্তাচ সুশোভনাচ।
লাবণ্য যুক্তা প্রিয় দর্শনা যা
পাতিব্রতা যাচ বসামি তাসু ।১২॥

হে কৃষ্ণ! নুপী অহুন মতম পুন্নমক্ত পুক্লিং হুব, পুক্লিং যাম্ন তপ্পী, বা ঙাংবদ নুংশিন ঙাংবী, লাইবক ফবী, মশক ফজবী নিংথিজবী, য়েংবদ নুংশিবী অমম্বুং মপুরোইব নীংবী। ঐন অহুগুম্বী নুপীশিংগী মশাদ লৈ।।১২।

শ্যামা মৃগাক্ষী কৃশমধ্য ভাগা
সুভ্রূঃসুকেশী সুগতিঃ সুশীলা।
গম্ভীরনাভিঃ সমদন্ত পংক্তিঃ
তস্যাঃ শরীরে নিয়তং বসামী।।১৩।।

নুপী অহু কুʼল বুচু ওইবী, শজি মিত্তা তাবী, খাং চেʼবী, পিগুম অনী পুক্লিং হুবী, শম যাম্ন ফজবী, খোংথাং নিংথিবী, খোইদো লুবী, মাগী যাগী পরেং তরুবী, হে কৃষ্ণ! ঐন অহুগুম্বী নুপীশিংগী মশাদ লৈ। ১৩।

যা পাপ যুক্তা পিশুন স্বভাবা
স্বাধীন কান্তং পরি ভূতয়েচ
অমর্ষকামাঃ কুচরিত্রশীলা
তামঙ্গনা প্রেত মুখীং ত্যজামি।।১৪।।

নুপী অহুন পাপকী থবক তৌব পাম্বী, পুকচেন ফনবীং মনিং মথা তৌবী, মপুরোইববু ঙম্ব পাম্বী অশাওব মিংয়েংন য়েংবী, লমচং ফজদবী হে কৃষ্ণ! অহুগুম্বী অশিবগী মমাই ওইবী মাবু ঐন মতম পুম্বদ থাদোকই।।১৫।।

পুষপং পর্য্যষিতং পুতিশয়ণংবহুভিঃ সহ।
ভগ্না সনং কুনারীঞ্চ দুরতঃপরিবর্জ্জয়েৎ ।১৫।

নোংম লেনব লৈ, মমম নমথিব, মীয়াম লোইনন পুম ভুম্বী, শেগায়ব ফম-ফমদ ফম্বী অমম্সুং ফত্ত থুদম্ব ওইবী মুপী পুম্নমকসি থাদোক্কনি। মী অদুন ঐবু সুংশিরবদি মখোয়ন পোৎশিং অসি থাদোক্লবদি ঐবু ফংব ঙমগনি ।১৫।।

চিতাঙ্গারকমস্থীনি বহ্নিংভস্মদ্বিজঞ্চ গাম।
নপাদেনস্পৃ শেৎপাদং কার্পাসাস্থিতুষং গুরুম্॥১৬॥

পোৎলোইবগী মৈতাল, পোৎলোইবগী শক, মৈ. অমসুং মশাগী মখোংনস্থু মখোং অমদ নোইরোইদবনি। মী অদুন মসিগী ওম্নব তৌরবদি মাবু ঐন থাদোকই॥ ৬।

নখকেশোদকঞ্চৈব মৈথুনং পর্ব্বসন্ধ্যয়ো.।
বর্জ্জয়েৎনগ্ন শায়িত্বমেকাকী মিষ্টভোজনম্॥১৭॥

হে কৃষ্ণ। মী অদুন লক্ষ্মী ঐবু লৈব পাম্নবদি মান থুজিল অমসুং শম তাব ঈশিং থকপা অমদি শোকপ তৌরোইদবনি। তরামরিনি পানব থাশি পুর্নিমা সুমিত্ত অমসুং সন্ধ্যাগী মতমদ সুপীগ তিম্নরোইদবনি অসি মতম পুম্নমকীনি। মী অদুন ফি শেত্তন ভুম্ব অমদি অতোপ্পদ পীদন অহাউব পোৎ চাখোকপস্থু তৌরোইদবনি ।।১৭॥

শির. সুপূষপংচরনৌ সুপূজিতৌ
বরাঙ্গনা মৈথুনমন্ন ভোজনং।
অনগ্ন শায়িত্বম পর্ব্ব মৈথুনং
চিরং প্রণস্টং ম্রিয়মানয়ন্তি ষট্।১৮॥

নিপা অচুগী কোক লৈন ফজন লৈব, খোং অনী শেংন হামদোকপনচিংব তৌব, মশক ফজবী চুপীগ হুংঙায়ন লৈমিন্নব, চাবদ মচেং ওইন চাব, কি শেত্তন তুম্ব তৌদব অমসুং পর্ব্ব দিন হায়বদি পুর্নিমা, অমাবস্যা অর্থাৎ পুর্নিমা থাশিদ মুপী শম্নব, মথল তরুক অসি যাংনবগী মশক ওই অসিবু ভাক্রবদি ঐন অমুক হল্লকই॥১৮॥

সম্মার্জ্জনৌরজো বাতং নিগু'ণ্ডীং লবুচং তথা।
রাত্রৌ বিল্বঞ্চ শাকঞ্চ কপিত্থং বর্জ্জয়েৎদধি। ১৯॥

তুমজিংকী উংফুল অমসুং মুংশিং হকচাংদ শোকহন্দব, অহিংদ, শেফালিকাগী মপাল থেংপ অমসুং লেমচু, হৈখাথোক, মনা-মশিং খোংনাং মহৈ অমসুং শঙ্গোম অফঙ্গ চাব য়াদে মীন নিয়ম ভাকদোবনি, অসিবু ভাক্রবদি লক্ষ্মী ঐন মাগী ময়ুমদ মতম পুন্নমক্ত লৈ।১৯॥

স্বগাত্রাসনযো র্বাদ্যমপুতং মূর্দ্ধপাদয়োঃ।
উচ্ছিস্ট স্পর্শনিং মুণ্ডি' স্নানা ভ্যাঙ্গঞ্চবর্জ্জয়েৎ॥২০॥

মী অহুন ঐগী খোঁজাল পাম্ব, মান মশান মশাদ অমসুং মাগী ফম্-ফমদ মুয়োইদবনি, মতম পুম্বদ মকোক অমসুং মখোং শেংন থমগনি, কোক খোংও প শোকফদে অমসুং ইরুজব লোইরগ থাও তৈরোইদবনি।২০।

শয়নঞ্চাঙ্ক কারেচ রাত্রি বাসো দিবে তথা।
ম্লানাম্বরং কুবেষঞ্চ বর্জ্জয়েৎ শুস্কভোজনম্ ॥ ২১॥

হে কৃষ্ণ। মী অচুন লক্ষ্মী পায়বদি মান করিগুম্বদ অমম্ব অহিংদ ভুম্লোইদবনি, নুংথিন্দ অহিংগী কি শেংলোইদবনি অমম্বুং মী অচুন অমোংপ কি, কিজেং অথীব অকংবা চাক চজিকম্বু থাদোক্তনি ।২১।

পরেনোদ্বর্ত্তিতংবক্ষঃ স্বয়ং মাল্যাপকর্ষণম্
আলস্যমবসাদঞ্চ নকুর্য্যাল্লোস্টমর্দ্দনম্ ॥২২।

কনাগুম্বব মথবাক্ত নোইরোইদবনি, মশান মণ্ডঙ্গী লৈ পরেং ছক্তোকলোইদবনি, তন্দুন অমম্বুং অরাব থিরোইদবনি অমম্বুং হকচাংদ লৈখোম অমদি উংফুলনচিংব তৈশিনবম্ভ অকব নত্তে॥ ২।

শুক্লকরেচ যস্তৈলং শিলাপিষ্টঞ্চ দর্শকে।
স্বয়ংবামেন মূর্দ্ধানং পার্ণিমা নৈব সংস্পৃশেৎ। ২৩।

মী অদুন ইরাই মুমিং অমম্বুং থাশিগী মুমিত্ত মনম্ মুংশিব পোং অমম্বুং থাও শোকফদে অমম্বুং মথুং ওইন কোক্ত শোকফদে। অচুম্ব মী অচু ঐগী মুংশিবনি ঐগী অপাম্ব পাংথোকপ অচু ঐন মুংশি ॥২৩।

তারকাঃ পুষ্পবন্তৌচ ন পাশ্যেদ শুচিঃ পুমান্।
নেক্ষেৎ গুহ্যংপরস্ত্রীণাং শাস্তং যান্তং দিবাকরম্ ॥২৪॥

হকচাংন শেংত্রিদ্রৈঙদ, থবাম্মীচাক, থা অমসুং সুমিংপু য়েংধোইদবনি. অতোপ্প মুপীগী অথুপ্প মকমচু য়েংকদে অমসুং তারমদায়গী মুমিংকী মকমদসু য়েংকদে। হে কৃষ্ণ। মওং অসিগী নিয়মবু ঙাক্লিবা মী অহুদ ঐগী অপেনব ওই। ২৪॥

কুর্য্যাৎনান্য ধনা কাংক্ষাং পরস্ত্রীণাং তথৈবচ
পরেষাং প্রাতি কুল্যঞ্চ উদিতার্কে প্রবোধকম্ ॥২৫॥
নখকন্টকরৈক্লেশ্চ মৃত্তিকাগার বারিভিঃ।
বৃথা বিলেখনং ভুমৌন কুর্য্যাৎমম কাংসক্ষয়া ॥২৬॥

হে পুরুষোত্তম। মী অহুন ঐবু কংনীংলব'দ, মীগী মরন্ অমসুং মীগী মুপী পায়োইদবনি। অতোপ্পগী মতৌ তয়োইদবনি মী অহুন মুমিং থোক্লিরৈঙদ কমুংদগী হৌগৎলগ অমসুং থুজিল তিংখং, ঈ, লৈবাক, মৈস্তাল অমসুং ঈশিংন অরেম্বদ লৈবাক্ত থক্ ইরোইদবনি ॥২৫॥২৬॥

গ্রথিতঞ্চ স্বয়ংমাল্যং স্বয়ংঘৃষ্ট ঞ্চচন্দনম্।
নাপিতস্য গৃহে ক্ষৌরং শক্রাদপি হরেৎশ্রিয়ম্ ॥২৭॥

মী অহুন মশামক্ত মথুৎন লেংব লৈ পরেংবু মঙকশমদ শিজব, মশান তকুপ চন্দন মশাদ তৈব, মশান নাপেংকী য়ুমদ চৎলগ শম্ ককপ মী অহু ইন্দ্রমক্ত মাময ওইরবসু মাবু ঐন থাদোকই ॥২৭॥

নখিন্দা গণকেবিপ্রে পাদ যোর্দ্দণং তথা।
প্রতি কূলংচরেং স্ত্রীনাং ভুক্তাচ দন্তধাবনম্ ।২৮।

পাজি অমসুং ব্রাহ্মনবু খিন হায়কদে, কমতুন অমদি খোং অনীন জগোই শাকদে। মপীগুম্ন লমচং-চংকদে অমসুং চাব তোক্লগ য়াথিন্ পয়া পায়কদে। হে হরে। নিয়মশিং অসিবু ঙাক্লিব মী অদু ঐগী খোঙালগী মক্ষম ওইরবনি ।।২৮।।

অনৃতং মাংস সূপংচ ন গ্লাংচৈব স্ত্রিয়ং তথা।
ভক্ষনা দ্দর্শনা চ্চৈব শক্রাদপি হরেং প্রিয়ম্ ।।২৯।।

মী অদুন অরেম্বদ ( লাইদ কংভব ) শা অমসুং চাক থাদোকনি নত্তদুন চায়বদি অমসুং মকি শেঙবী নুপীবু য়েংলব মী অদু ইন্দ্রসু ওইরসমু মরল অদু মাংব ওই ।২৯।।

মন্ত্রৈরযুক্তঃ পরদার সেবী
আচারহীনঃ পরসেব কশ্চ।
সংকীর্ণ চারো পরিবাদ শীল—
স্তংনিষ্ঠুরং দম্ভমহং ত্যজামি ।৩০।

মী অদুন পামজব মন্ত্রবু থাদোকপ, মীগী মুপী ঙাংনব, গুরুশিংবু সেবা তৌদব, মানা সেবা তৌকম খোকপবু সেবা তৌদনা মতীক চাদবদা সেবা তৌব, মী অদুন অতোনবগী লমচং চংপ অমসুং মীন থীন হায়নব ওইব হে কৃষ্ণ! মাবু ঐন য়াম্ন মুংশিদন থাদোকই ।৩০।।

শয়ণংচাত্র পাদেন রাত্রি বাসোদিনে তথা ।
উত্তরীয়মধঃ কুর্য্যাৎ শুষ্ক পাদেন ভোজনম । ৩১॥

হে কৃষ্ণ। ঐগী খৌজালবু কংলিংলবদি খোং-চোংন তুম্ব অহিং শেৎপ ফিবু মুংখিলদ শেৎপ, ইনফিবু শেৎপ অমসুং খোং হামদোক্তন চাক চাব ভৌরোইদবনি। ৩১॥

অশুচিম্লান বস্ত্রঞ্চ দুর্গন্ধম সুখাবহম্ ।
অভূষণা মপুষ্পাঞ্চ নকুর্য্যাদাত্মন স্তনূম্ ॥৩২॥

অশেংব ফি নত্তব অমসুং অমোংপ ফি শেত্তব। মশাদ মনম্ নমথীব মুংঙাম্লতব লৈতেংব ভৌরোই অমসুং কোক্ত লৈন চিংবম ফজহনগনি ॥৩.॥

কর্ণেচবদনেঘ্রানে তথা করতলেঽপিচ।
পাদে পৃষ্ঠে তথা নেত্রে নকুর্য্যাৎ অনুলেপনম্ ॥৩৩॥

নাকো°, মাই, ন°তোন, খুদোল্দসু. খোংগী খুয়ান নংগল্দ অমসুং মিত্ত মফমশিং অসিদ চন্দন তৈহল্লোইদবনি ॥৩২॥

চক্ষুর্লগ্নেহতং শ্রেযে। মুখলগ্নে ধনক্ষয়ঃ।
দারিদ্র্যাং কণ্ঠলগ্নেচ পাদ পৃষ্ঠেবয়ঃ ক্ষয়ঃ।
করেচনাসিকারন্ধ্রে বুদ্ধিনাশোঽনু লেপনম্ ॥৩৪॥
তস্মাৎবিবর্জ্জয়েৎ এতাননু লেপনভাজিনঃ ॥৩৫॥

মিৎত তৈবন মীথোই-মীহেম্ব মাংডি, মাইদন লন মযেং তাই ঙকশমদ তৈবন লাইরৈ, খোংদ অমসুং নজ্জল্দ তৈবন পুল্সিদে, খুৎ অমসুং নাতোনগী অহোবদ তৈবন বুদ্ধি মাংডি অসিদগী মফমশিং অসিদ চন্দন তৈহনদব ফৈ ॥৩১॥৩৫॥

গন্ধংপুষ্পং তথা তোয়ংরত্নংচৈব মহোদধিম্ ।
গৃহীতং প্রথমং বস্ত্রং বর্জ্জয়েৎেন কদাচন ॥৩৬॥

চন্দন, লৈ, ঈশিং, রতন, শঙ্গোম অকম্ব অমস্তুং ফি মহৌশা ওইন ফংব পোৎপু কংলবদি থাদোকপ য়াদে থাদোক্লবদি মতম অহুদ ঐন অশাওব ওই ।৩৬॥

অজারজ: খররজস্তথা সম্মার্জ্জনীরজ: ।
স্ত্রীণাং পাদরজো রাজন্ শক্রাদপি হরেচ্ছ্রিয়ম্ ।৩৭॥

মী অতুগী মশাদ হামেংগী খুজিলগী উৎফুল, গধাগী মখোংগী উৎফুল, শুমজিংকী উৎফুল অমস্তুং নুপীশিংগী মখোংগী উৎফুল শোক্লবদি মী অদু স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগ যামব ওইরবস্তু লনথুম মাংতি ।৩৭॥

কুচৈলিনং দন্তমল প্রধারি ণং
বহ্বাশিনং নিষ্ঠুর বাক্য ভাষিণম্ ।
সুর্য্যোদয়ে চাস্তমিতে চ শায়িনং
বিমুঞ্চতি শ্রীরপি চক্রপাণিনম ॥৩৮।

মী অহন অমোৎপ ফি শেৎপ, যম্না শেংদোকপ চিন ভেংথোকপ, খোল কম্ন ঙাংব। চাকয়ায চাব, নুমিং থোকপ মতমদ অমদি নুমিং তাব মতমদ তুম্ব, মী অদু ভগবানগা যামরবস্তু কৈদৌনি অহুবু ঐন থাদোকই ।৩৮।

নিত্যংছেদ স্তৃণানাং ক্ষিতি মখলিখনং পাদয়োরপূজা
দন্তানামল্প শৌচংবসন মলিনাৎ রূক্ষতা মূর্দ্ধজানাম্ ।
দ্বেসন্ধ্যোচাপি নিদ্রা বিবসম শয়ণং গ্রাস হাসাতিরেক ।
স্বাঙ্গে পীঠেবাদ্যংচ হরন্তি ধনপতেঃ কেশবস্যাপি লক্ষ্মীম্ ।ঃ৯॥

ইতং ততন থূংব নাপী কোইব, খূজিন্ন লৈবাক্ত ইব, খোং মোংব লৈব, মাশিংবু অমোংপ থম্ব, কি মোংব থম্ব, শম মোংব কংব থম্ব, অয়ুক তুম্ব অমম্বং সন্ধ্যাদ তুম্ব, কি শেত্তন তুম্ব, চখোম চাউম–চাউন চাব, মান্ন কম্ন নোকপ, মশান কম্ব কিদাদ ফুব, হায়রিব থবওশিং অসিবু পায়বদি মী অদু লনগী মপু কুবের নত্রগ কেশবগ মায়ব ওইরব কাওবম্ব মাগী মরল অদু মাংব ওই ॥৩৯।

এবংযঃ কুরুতেনিত্যং মযোক্তানিচ কেশব ।
তুস্টাভবামি তস্যাহং ত্বয্যেবনিশ্চলা যথা ।৪০॥

হে কেশব ! ঐগী বা অসিগী মতুংইন্ন চংলিব. অদুদ ঐন ইবু ঙোদ লেংদন লৈ অদুগুম্ন মী অদুদম্ব লেংদন লৈ অমম্বং মাঙোন্দ চিংনব লৈতন অপেদব ওই ।৪০।

শ্রীভাষিতমিদং স্তোত্রং প্রাতরুৎথায়যঃ পঠেৎ ।
তংগৃহংবি পুলংরম্যংনিত্যংভবতি নান্যথা ।।৪১।।

অয়ুক অঙবদ মী অদুন হৌগৎলগ শ্রীলক্ষ্মীন হায়খিব স্তোত্র অসিবু পায়বদি, মাগী ময়ুমদ অতৎপ লৈতন মন্নাং কায়ন ঐশ্বর্য্যগ লোইনন ম্নাম নীংথিন ফজব ওইদুন লৈ ।।৪১।।

ব্যাধিতোমুচ্যতেরোগাংবদ্ধো মুচ্চেতবন্ধনাং।
আপদস্তস্যনশ্যান্তি তমঃ সূর্যোদয়ে যথা ॥৪২॥

অনাবন অনাব কোকই, অক্ষ অপুন্দগী কোক্তনি মুমিংন থোরক্লগ অমস্ব কোকপ অহুগুম্ব অরাব তাবদগী পুম্নক কোক্তনি ॥৪২॥

ইতি শ্রীবিষ্ণু পুরানে লক্ষ্মী কেশব সংবাদে বেদগর্ভ শর্ম্মা কৃতা মনিপুরী অনুবাদ সহিতে শ্রীলক্ষ্মী চরিত্রং সমাপ্তম্।

মতাং অসিদ—শ্রীবিষ্ণু পুরান্দ লক্ষ্মীগ কেশবগ বারী শাম্নব বেদগর্ভ শর্ম্মন অনুবাদ তৌবগ লোইনন শ্রীলক্ষ্মী চরিত্র লোইরে ॥



## লক্ষ্মীস্তব স্তোত্র

ইন্দ্রউবাচ—

নমামি সর্ব্বভূতানাং জননীং পদ্ম সম্ভবাম।
শ্রিয়ং মুনীন্দ্র পদ্মাক্ষীং বিষ্ণোর্ব্বক্ষঃস্থলস্থিতাম॥১॥

লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রদ লাইগী গুরু বৃহস্পতিগী শাপ তৌবদগী লক্ষ্মীন থাদোক্লবদ লক্ষ্মীবু নীংথৌ ইন্দ্রন পুক্নিং চংনা হায়খি। নংন জীবশিংগী মমা ওইবী থম্বান্দ পোকপী, থম্বাল মিত্তা তাবী ভাগবন শ্রীবিষ্ণুগী থবোয়দ তত্তন লৈরিবী ঐন অহুম্বী লক্ষ্মীবু খুরুমজরি॥১॥

ত্বং সিদ্ধিস্ত্বং স্বধা স্বাহা সুধা ত্বং লোকপালিনী।
সন্ধ্যারাত্রিঃ প্রভা ভূমির্মেধা শ্রদ্ধা সরস্বতী॥২॥

হে দেবী! নং অসি সিদ্ধি (পুম্নমক পাংথোকপ ঙম্বীনি) স্বধা (পিতৃলোককী স্বধানি) স্বাহা (লাইগীদন স্বাহানি) সুধা (অমৃতনি) লোকপালিনী (মরোল অহুম্বু ঙাকপীনি) সন্ধ্যাসু নংনি, অহিংসু নংনি, মঙালসু নংনি, লৈবাকসু নংনি, রাখলসু নংনি, থাজব কৌবসু নংনি, বা থাংবগী মবেম্মা সরস্বতীসু নংনি নংদি পুম্নমকী মমানি নংবু ঐন খুরুমজরি॥২॥

যজ্ঞ বিদ্যা মহাবিদ্যা গুহ্য বিদ্যাচ শোভনে।
আত্ম বিদ্যাচদেবিত্বং বিমুক্তিফল দায়িনী। ৩।

হে শোভনে! নীংথিজবী! যজ্ঞস্থ নংনি, অথোইব মহৈস্থ নংনি, ব্রহ্ম বিদ্যাস্থ নংনি, অয়ান খুবমগী অমত্ত ভায়ব পীনবস্থ নংনি। নংবু হয়-হয় থুরুমজরি ।।৩।।

আন্বোক্ষিকী ত্রয়ীবার্ত্তা দণ্ডনীতি স্ত্বমেবচ।
সৌম্যা সৌম্যৈর্জগদ্রূপৈস্ত্বয়েদং দেবি পুরিতম্ ।।৪।।

হে দেবী! নংতন তর্কবিদ্যাগী মশক ওইবীনি। নংন 'সাম' নচিংব বেদ মরিগী মশক্নী, নংন দণ্ডনীতিগী মশক্নী অমসুং অশেংব ওইবী হায়বদি পূক্নিং চুবীনি। হে অম্মা ইমা! নংগী অয়াম্ব মশক্ন মপুংফাব ওইন সংসার অসি শম্দোক্নন লৈরি।৪।

কাত্বন্যা ত্বাম্বতে দেবি শর্ব্বযজ্ঞময়ং বপু:।
অধ্যাস্তে দেব দেবদেবস্য যোগিচিন্ত্যং গদাভৃত: ।।৫।

হে লাইগী লাই ওইব! গদাধর হরিগী হকচাং ওইব যজ্ঞ পুরমক্কী মশক্নী, অমত্ত ওইব, যোগিশিংগী নীংনফমী, হে দেবি! নং নত্তব কনাগুম্বী মুপী অমত্তন ইবুংঙো মাগী হকচাংদ লৈব ঙম্বগে ? ।।

ত্বয়াদেবি পরিত্যক্তং সকলং ভুবনত্রয়ম্।
বিনষ্টপ্রায় মভবত্ত্বয়ে দানীং সমেধিতম্ ।৬।।

হে দেবি! নংন অহানবদ সংসারবু থাদোক্লগ সমুদ্রগী ইমুংদ চংখি, অহুদ মরোল অছম অসি পুম্নাং মাংবগুম ওইখি, অহুদ নংন অমুক ক্ষীর সমুদ্রগী থোরক্লগ সংসারসি ভাকই ।।৬।।

## শ্রীসৌভাগ্য লক্ষ্মী

দারাঃ পুত্রাস্তথা গারং সুহৃদ্ধান্যধনাদিকম্ ।
ভবত্যেতন্মহ ভাগেনিত্যাংত্বদ্বীক্ষণান্ নাম্ ॥৭॥

হে লাইবক কবী ! নংগী থৌজালগী মীংয়েং কংলবদ নিপা.
মুপী, মচা, য়ুম, মরূপ মপাং, কৌ, শেল পুন্নমক কংব ঙম্মি ।
মরম অসিন ঐখোয়দ নংন থৌজালগী মীংয়েংন য়েংবীয়ু ॥৮॥

শরীরা রোগ্য মৈশ্বর্য্যমরি পক্ষ ক্ষয়ঃ সুখম্ ।
দেবিত্বৎদৃষ্টিদৃষ্টানাং পুরুযাণাংমতুল্ল'ভম্ ॥ ।

হে ইমা ! নংন মীওইবদ থৌজালগী মিংন য়েংবিরবদি
অনা অয়েক তৌদে, লন-থুম লৈ, য়েকুব লৈতব অমসুং
নুংঙাইব কবিগুম তাংখ্রব পোং কংদব লৈতে।৮।

ত্বমেব সর্ব্বভূতানাং দেবদেবো হরিঃ পিতা ।
ত্বয়ৈতদ্বিষ্ণুনা চাম্ব জগব্যাপ্তং চরাচরম্ ॥৯॥

হে ইমা ! নংতন জীবশিংগী মমানি অমসুং লাইগী
লাই ওইব হরিম পুন্নমক্তী মপানি ।নংন অমসুং বিষ্ণুন
অচৎ-চত্ত জগত্ত শিনথুংন লৈ ॥৯॥

মানংকোষং তথা কোষ্ঠং মাগৃহংমা পরিচ্ছদম্ ।
মাশরীরং কলত্রঞ্চ ত্যজেথাঃ সর্ব্বপাবনি ।১০।।
মাপুত্রানমা সুহৃৎবর্গানাঃ পশূনমাবিভূষণং
ত্যজেথা দেবদেবস্য বিষ্ণোর্ব্বক্ষঃস্থলাশ্রয়ে ।।১১।।

হে হরিগী থবাক্ত লৈবী ! নংন মী অহুবু থাদোকপীরবদি,
মী অহুগী মীন লুন তৌব, মুংঙাইব, লনগৈ, শেংন-ইন্নব
কি-য়োল, হকচাং, মুপী, মচা, মরূপ, শা, ষণ অমদি লৈতেং-
নচিংব পুন্নমক অমাংব ওই ।।১০॥১১।।

সত্ত্বোনাশৌচ সত্ত্বাভ্যাং তথা শীলাদিভির্গুণৈঃ
ত্যজ্যান্তে তেনরাঃ সত্ত্বঃ সন্ত্যক্তা যেত্বয়ামলে ॥১২॥

হে মক্তুবী। নংনবু থাদোকপীরবদি, মী অদুগী অরেপ্প, অশেংব, মপাঙ্গন, লমচৎনচিংব পুম্নমক অমাংব ওই ।১২।

ত্বয়াবলোকিতাঃ সদ্যঃ শীলাদ্যৈরখিলৈর্গুণৈঃ।
কূলৈশ্বর্য্যশ্চযুজ্যন্তে পুরুষা নির্গুণা অপি। ১৩।

হে মকম পুম্নমক ঙাক্লিবী। মংন মী অহুদ থোজালগী মীয়েংন য়েংবীরবদি মগুণ লৈতব মীবুস্থু য়াম্ন থুন লমচৎনচিংব গুণ অমস্তুং লন-থুম্নচিংব হেক্ত ফংঙি ॥১৩।

সশ্লাঘ্যঃ গুণী ধন্যঃ সকুলীনঃ সবুদ্ধিমান্।
সশূরঃ সচবিক্রান্তো যস্ত্বয়া দেবি বীক্ষিতঃ। ১৪॥

হে মকম পুম্বদ শাম্নরিবী। নংগী থোজালগী মীৎয়েংবু ফংলবদি, মী অহু অতোপ্প মীন থাগৎনরে, মহাক মগুণ লৈব ওইরে, শাগৈ জাৎ ফব ওইরে, অশিংব ওইরে, অকনব অমস্তুং অথোবনি হায়নরে। ১৪॥

সত্ত্বো বৈগুণ্য মায়াস্তি শীলাদ্যাঃ সকলাগুণাঃ।
পরাঙমুখী জগদ্ধাত্রী যস্যত্বং বিষ্ণুবল্লভে ॥১৫॥

হে বিষ্ণুগী চান্নবী! নংনা সংসারগী মমানি, নংন মী অহুদগী মায় হেক ওন্থোকখিবদ মী অহুগী লমচৎ অমদি অফব গুণ পুম্নমক পুম্নাং মাংব ওই ॥১৫॥

নতেবর্ণয়িতুং শক্তা গুণান্ জিহ্বাহি বেধসঃ ।
প্রসীদ দেবি পদ্মাক্ষি মাস্মাংস্ত্যাক্ষীঃ কদাচণ ।।১৬।।

হে থম্বাল মীত্তা তাবী। ব্রহ্মামকী মরৈন নংগী গুণ শোম্ব ভম্ব নত্তে। ঐবু পেনবীবু ঐবু থাদোকপীগনু ।১৬।।

পরাশর উবাচ

এবংশ্রীঃ সংস্তুতা সম্যক্প্রাহ হৃষ্টাশতক্রতুম্।
শৃন্বতাংদেব দেবানাং প্রাদুর্ভূতাস্থিতাদ্বিজ ।১৭।

পরাশরন হায়খি— হে ব্রাহ্মন্। অহুদ ইন্দ্রন লাইয়ামগী মনাক্ত স্তুতি অসি তৌখি, অদুদ থরায় পানব পুমমক্ত লৈপ্রবী লক্ষ্মীন পেল্লহুম হায়খি ।।১৭।।

শ্রীরুবাচ

পরিতুষ্ঠাস্মি দেবেশ স্তোত্রে পানেনা হেতুনা
বরং বৃনীষ্ব যস্ত্বিষ্ঠো বরদাহং সমাগতা ।১৮।।

লক্ষ্মীন হায়খি – হে লাইগী নিংথৌ। ঐ নংন হায়জবসিদ পেল্লে, বর পিগে হায়হুম লাক্লবনি। নংন পাম্ব বর নিল্লো পিরগে ।১৮।।

## ইন্দ্র উবাচ

বরদাযদি দেবি ত্বংবরা হে´যদি বাপাহম্ ।
ত্রৈলোক্যংনত্বয়া ত্যাজ্য মেষ মেস্তুখি তোবরঃ ।১৯।।

ইন্দ্রন হায়খি— হে দেবি। ইবেম্মন ঐবু চানবিরত্তুন ঐঙোন্দ বর নিজরো হায়বদি ইবেম্মন মরোল অহুম থাদোক্নুন চৎপীরগনু। হে অপোকপী ! ঐন নিজগদোবদি অসিনি ।। ৯।।

স্তোত্রে র্ণয ত্তবৈ ত্তেনত্বাং স্তোষ্যেদ্দ্য সম্ভবে ।
সত্বয়ান পরিত্যাজ্যো দ্বিতীয় স্তবরোমম ।২০।।

হে সমুদ্রদগী পোকপি। মী অহুন নংগী স্তোত্র অসি পাজরবদি নংন পেনবীয়ু মাবু থক থাদোকপিগনু ইমা। অসিন ঐগী অনীশুব বরনি— নিজরিবনি ।।২০।।

## লক্ষ্মী উবাচ

ত্রৈলোক্যংত্রিদশ শ্রেষ্ঠ সন্ত্যজামি নবাসব ।
দত্তোবরো ময়াত্বাংতু স্তোত্রেণ পরিতুষ্ঠয়া। ২১।।

লক্ষ্মীন হায়খি— হে মরোল অহুমগী অথোইব। ঐন নংগী স্তুতি অসিদ পেল্লে বর পিরবনি, ঐন মরোল অহুম থাদোকপ তোরব্রোই ।।২১।।

যশ্চ সায়ং তথা প্রাতঃ স্তোত্রেণানেন মানবঃ।
মাংস্তোষ্যতি ন তস্যাহং ভবিষ্যামি পরাঙ্মুখী ॥২২॥

মী অহুন অয়ুক্কী মতমদ, নুমিৎ তাবগী মতমদ স্তোত্র অসি শোল্লবদ ঐৗ অপেম্বনি, ঐন করিগুম্ব মতমদ অহুদগী মাই ওন্থোক্লরোই ॥২০।

## পরাশর উবাচ

এবংবরংদদৌ দেবী দেব রাজায়ৈব পুরা।
মৈত্রেয় শ্রীমহাভাগ্য স্তোত্রারাধন তোষিত ॥২৩॥

পরাশর মুনিন হায়খি— হে মৈত্রেয়। মমাংঙৈদ লাইবক করবী লক্ষমীন মওং অসিগী স্তুতিন নীংজৎিবন পেনবিহুন লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রবু বর পিবি॥২৩॥

ভৃগোর্বংশে সমুৎপন্না শ্রীঃ পূর্ব্বমুদধেঃপুনঃ।
দেবদানব যত্নেন প্রসূতা মৃত মন্থনে ॥২৪॥

লক্ষমী দেবীম মমাংঙৈদ ভৃগু শাগৈদ পোকখি, অমুক্ক করিগুম্ব মরম অমদগী হকচাং অহু খাদোকখি। মথ.দ লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রন নীংজবদগী পেনবিহুন লাইহিংচাবন সমুদ্র নৈব মতমদ সমুদ্রদগী পোকখি— থোরকখি ॥২৪।

এবংযদা জগৎ স্বামী দেব দেবো জনার্দ্দনঃ।
অবতারং করোত্যেব তথা শ্রীস্তৎসহায়িনী ॥২৫॥

জগৎকী মপু লাইগী লাই ওইব জনার্দ্দন ওইব ভগবান্ন অবতার খুদিংমক্ক, মতম অদুদস্ত্র লক্ষমীন মবু'ঙোগী লোইনবী ওইন লিলাগী মতেং পাংবী ওই ॥২৫॥

পুনশ্চ পদ্মাদুদ্ভূতা যদাদিত্যোহভবদ্ধরিঃ।
যদাচ ভার্গবো রামস্তদাভূদ্ধরণী ত্বিয়ম্ ॥২৬॥

মতম অমদ শ্রীবিষ্ণুন আদিত্য ওইন অবতার তৌখি। মতম অদুদস্তু লক্ষমীন থম্বালদগী পোকখি, অদুদ শ্রীহরিন ভৃগু শাগৈদ পরশুরাম অবতার তৌখি, অদুদস্তু লক্ষমী-স্তু পৃথিবীগী মশক লৌখি ॥২৬॥

রাঘবত্বেহভবৎসীতা রুক্মিণী কৃষ্ণ জন্মনি।
অন্যেষু চাবতা রেষু বিষ্ণো রেষা সহায়িণী ॥২৭॥

শ্রীরাম অবতারগী মতমদ লক্ষমীন সীতা ওই, শ্রীকৃষ্ণগী অবতারদন রুক্মিণনী ওই অমসুং অতোপ্প অবতারশিংদ অতোপ্প মশক লৌদুন মবুংঙোগী মতেং পাংবী ওই ॥২৭॥

দেবত্বে দেবদে হেয়ং মানবত্বচ মানবী
বিষ্ণো দে'হা নুরূপাংবৈ করো ত্যোযাত্মনস্তনুম্ ॥২৮॥

শ্রীবিষ্ণুন মতম অমদ দেবতা ওইন অবতার তৌই, লক্ষমীস্তু দেবী ওই, অমসুং বিষ্ণুন মী ওইন অবতার তৌরবদ লক্ষমীস্তু মীগী মশক লৌই। মওং অসিদ লক্ষমীন শ্রীবিষ্ণুগী তুং ইন্দুন লৈরিবীনি ॥২৮॥

যশ্চৈ তচ্চতুর্বাক্সম লক্ষ্ম্যাঃ স্তোত্র.পঠেন্নরঃ
শ্রিয়ো নাবচ্যতি স্তস্য গৃহেযাবৎ কুলত্রয়ম্ ২৯।।

মী অদুন শ্রীলক্ষমী পোম্লকপগী বারী অসিবু তারব, দেবী অসিগী স্তুতি অসিবু পাঠ তৌরিব মাগী শাগৈদ পুরোন অহুম ফাউব লক্ষমীন ভাম্বোইদুন লৈ ।২৯।।

পঠ্যতে যেষু গেহেষু স্তুভক্ত্যা শ্রীস্তবোমুনে।
অলক্ষমীঃ কলহো বাধা ন তেষ্বাস্তে কদাচণ ।।৩০।।

মী অদুগী য়ুমদ য়াম্ল ভক্তিগ লোইনন স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌরিব মফম অদুদ লক্ষমীন লৈতব, অবাব, অপন্ন খরদং ফাউরোই ।।৩০।।

এতত্তেকথিতং ব্রহ্মণ্যস্মাত্তং পরিপৃচ্ছসি।
ক্ষীরাব্ধৌ শ্রীর্যথাজাতা পূর্ব্বংভৃগুসুতা সতী ।।৩১।।

হে ব্রাহ্মন্। ভৃগুগী মচানুপী সতী ওইবী লক্ষ্মীন মরম অমদগী ক্ষীর সমুদ্রদ পোকখিব নংন হংলকপগী মতুংইন্ন অহৌবদগী লোইব ফাউব এন তাজখ্রে ।।৩১।।

ইতি সকলবিভুত্যবাপ্ত হেতু
স্তুতিরিয়মিন্দ্র মুখোদ্গতা হিলক্ষ্ম্যাঃ।
অনুদিন মনুপঠ্য তেনৃভির্ষ্যো
বসতি ন তেষু কদাচিদপ্য লক্ষ্মীঃ ।।৩২।।

মী অদুন মুমিৎ খুদিং মপুংফাব বাত্তব ফ নবগী মরম ইন্দ্রগী মুখদগী হায়দোকখিব। লক্ষ্মীগী স্তোত্রবু পাঠ তৌব মাগী য়ুমদ লনগী অবাৎপ লৈতে ।।৩২।।

ইতি শ্রীবিষ্ণু পুরানে পরাশর মৈত্রেয় সংবাদে
বেদগর্ভ শর্ম্মা কৃতা মণিপুরী অনুবাদ
সহিতে লক্ষ্মী চরিত্র· সমাপ্তম্ ।।

মতাং অসিদ শ্রীবিষ্ণু পুরানদ পরাশারগ মৈত্রয় মুনিগ ভাংনখিব বেদগর্ভ শর্ম্মন মৈতৈলোনগী অনুবাদগ লোইনব লক্ষমী চরিত লোইরে।

## শ্রীসুক্তম্

ত্বং শ্রীরূপেন্দ্র সদনে মদনৈক মাতা।
জ্যোৎস্নাসি চন্দ্রমসি চন্দ্র মনো হরাস্তে।।
সূর্য্যে প্রভাসিতজগৎ ত্রিতয়েপ্রভাসি।
লক্ষ্মি প্রসীদ সততং নমতাং শরণ্যে।।১।।

হে লক্ষমী। নংন উপেন্দ্রগী য়ুমদ 'শ্রী' গী মশক ওই। মদন জননী কামদেববু পোকপী। নংন থাগী অকোইবদ মঙালগী মশক ওই অমস্তুং মরোল অহুম্মক্তংগু মঙালগী মশক ওইবীনি; হে শরণ্যে। চংজকম্ ওইবী। মী অহুন নহাকপু মতম পুম্নমক্ক খুরুমজরবদ মাবু পেনবীয়ু।।১।।

ত্বংজাতবেদসি সদা দহনাত্ম শক্তি
বে'ধাস্ত্বয়া জগদিদং বিবিধং বিদধ্যাৎ।
বিশম্ভরোঽপি বিভৃয়াদখিলং ভবত্যা
লক্ষ্মি প্রসীদ সততং নমতাং শরণ্যে ।২।

হে ভগবতি! নংন মৈদ চাক্লিব পাজলগীমশক ওইরিব নংগী অচৌব মতেংতন ব্রহ্মান সংসারগী বা পুম্নমক ইরি, বিশম্ভরসু নংগী মতেংন জগৎপু থাক্লি, হে দেবি! মী অদুন মতম পুম্নমক নংগী চরন্দ খুরুমজব মাবু থৌজালবিয়ু॥২॥

হিরণ্যবর্ণাং হরিণীং সুবর্ণরজত স্রজাম্।
চন্দ্রাংহিরণ্য ময়ী'লক্ষ্মীংজাত বেদো মমাবহ ॥৩।

হে অগ্নে! নংগী কুহুম সনাগুম লংভি, শ'জ অমোম ওস্বিনী মাগী ওকুশমদ সনা মচু অমস্তুং রূপাগী, লৈগী পরেং'ন ফজরি, থাগ মান্নন থাল্লি, মাগী মঙালন হকচাং'ন সনাগী মশক ওই, অদুগুম্বী লক্ষ্মী দেবীবু ঐথোয়গীদমক কৌজরি। হে হুতাশন! নংন লাই পুম্বগী ওইরি, লক্ষমী দেবীবু কৌশিন্নদ তশেংন নংত্রন ওম্বি।৩।

তাংম আবহ জাত বেদো লক্ষমী মনপগা মিনীম্।
যস্যাংহিরণ্যং বিন্দেয়ং গামশ্বংপুরুষানহম্ ॥৪।

হে অগ্নে! মান পেন্দুন লাক্রবদি সনা, লৈবাক, শগোল, মচা, মওনচিংব লৈরিব পোৎ পুম্নমক ফংভি, অদুগী তু'ইঙ্গিবী লক্ষমী দেবীবু কৌবিয়ু ॥৪॥

অশ্বপূর্ব্বাং রথমধ্যাং হস্তিনাদ প্রবোধিনীম্ ।
শ্রিয়ংদেবী মুপহ্বয়ে শ্রীর্মা দেবী জুষতাম্ ॥৫॥

শগোলন মাংদ চংলিবী, মপুংকারব, দোলাইন ময়াইদ লৈরিবী, শামুন খোংহুন হৌদোক্লিবী, মী অহুন অনী শুভ্রবী লক্ষমী দেবীদ চংজরি, অহ্নদ লক্ষমীবু কৌজরি মান লাক্লগ ঐখোয়গী সেবাবু য়াবিয়ু । ৫॥

কাংসোস্মিতাং হিরণ্য প্রাকারা
মার্দ্রাং জ্বলন্তীং তৃপ্তাং তর্পয়ন্তীম্ ॥
পদ্মেস্থিতাং পদ্মবর্ণাং তামিহো পহ্বয়েশ্রিয়ম ।৬।

মাগী মশান ফুগায়ন শাংলব থম্বালগুম মোক্লন ভাম্বোইরি, সনাগী মচুগুম ফজে, ক্ষীর সমুদ্রদগী থোরক্লগ মতম পুম্নমক ভাল্লি মভাম ইরং লংলি, মতম পুম্বদ পেম্নীনী অমম্বুং মান পেম্নবদ নীংজব পুক্লিংগী অপাম্ব পিরগ মাবু নীংজব মীশিংবু পেনব, থম্বালদ কম কম ওইবী ভাম্বোইহুনত লৈবী অমম্বুং থম্বালগী মচু ওইবী, ঐন অহুগুম্বী লক্ষমীবু কৌজরি ॥৬॥

চন্দ্রাং প্রভাসাংযশসা জ্বলন্তীংশ্রিয়ং লোকে দেব জুষ্টামুদারাম্ ।
তাংপদ্মিনীমীং শরণমহংপ্রপদ্যে অলক্ষ্মীর্মেনশ্যতাং ত্বাংবৃণোমি ॥৭॥

থাগুম ভাল্লিবী, থোইদোক্ল ভাল্লিবী, থিংচৎ পুম্ব কোংদোক্লিবী, লাইরেবাক লাইশিংন নীংমরিবী, পুকচেল চাউবী, থম্বাল মানবী ঐকারগী মশক ওইবী, ঐন অহুগুম্বী লক্ষমীদ চংজরি। হে দেবি! ঐন নংবু থুকমহুন হায়জরি অহুদি ইবেম্মন ঐগী লাইরব কোকহনবীয়ু। ৭॥

আদিত্যবর্ণে তপসো'হধিজাতো বনস্পতিস্তব বৃক্ষোহথ বিল্বঃ।
তস্যফলানি তপসা নুদন্তু মায়াহন্তরা যাশ্চ বাহ্যা অ লক্ষ্মীঃ ৮॥

হে দেবি। নংগী নঙাম্ন মুমিংক মায়ন অমস্ব কোবহুম্ব নাবু নীংজবন মহৈ য়ানব হৈ-খাগোক্লচিংব পোকপ। হে চংজনকন ওইবী! অহুগুস্ব হৈ খাগোকশিংগী মহৈন মু বদ মহৈশিং অহন ঐখোয়গী নুং পান্দ অলক্ষিবু লাপ্ন থম্বীয়ু।৮॥

উপৈতুমাং দেবসখঃ কীর্ত্তিশ্চ মণিনাসহ।
প্রাদুর্ভূতঃ সুরাষ্ট্রেস্মিন্ কীর্ত্তি মৃদ্ধিংদদাতুমে ॥৯॥

হে দেবি। নংগী খোঙালতন শিবগী মরূপ কুবের অমস্তুং 'কীর্ত্তি" দেবীন মণিগ রতনগ লোইনন ঐখোয়গী নাক্ত থুংহনবীয়ু ঐন অসিগুম্ব সংসার অসিদ পোকচরি, মফম অসিদ লাক্লগ ঐঙোন্দ মিংচৎ অমস্তুং চাউখৎপ পীবিগনি॥৯।

ক্ষুৎপিপাসা মলা জ্যেষ্ঠা অলক্ষ্মীর্নাশয়াম্যহম্।
অভূতিমসমৃদ্ধিশ্চ সর্ব্বাংনির্ণুদমে গৃহাৎ ॥১০॥

ঐগী অয়াম্ব অমস্তুং খোয়াংব, অমোংপন থল্লব, লন্ লৈতব কোকহবীয়ু। হে দেবি। নংন ঐগী য়ুমদ মতীক লৈতব অমস্তুং চাউখৎতব, লাপ্ন থম্বীগ্নো।১০॥

গন্ধ দ্বারাং দুরাধর্ষাং নিত্য পুষ্টাং করীষিণীম্।
ঈশ্বরীং সর্ব্ব ভূতানাং তামি হোপহ্বয়ে শ্রিয়ম্। ১।

চন্দনগী মনম নংগী থুদম ওইবী, নংবু কনাগুম্ব অমস্তন মাইথিব পিঙমদবী অহুগুম্বী লক্ষ্মীবু ঐন কৌজরি।১।

মনসঃ কাম মাকূতিং বাচঃ সত্যমশী মহি।
পশূনাংরূপ প্রঃস্য ময়িশ্রীঃ শ্রয়তাংযশঃ ॥১ ॥

হে দেবি। পেনবীচুন আশীর্ব্বাদ পিবিয়ু নংগী থৌজাল্ল ঐগী পুক্লিংগী অপাম্ব মপুংফান থুংহনবিয়ু, ঐগী সংকল্প কংহনবিয়ু, মতম পুম্নমক্ক অচুম্ব ৱাংবগী ৱখল লৈহনবিয়ু, ঐঙোন্দ যশগী শঙ্গোম য়াম্ন কংহনবিয়ু, মাইকৈ মরিমক্ক অমম্নং ঐগী য়ুমদ লেংদন চিঙ্গাক হৈহনবিয়ু অমসুং চাউখংপ অমদি ম চং ঐগী ওইহনবিয়ু ॥১২॥

কর্দ্দমেন প্রজাভূতা ময়ি সম্ভ্রম্ কর্দ্দম।
শ্রিয়ং বাসব মেকুলেমাতরং পদ্মমালিনীম্ ॥ ৩॥

হে কর্দ্দমন পোকপী। ঐঙোন্দ পেনবিয়ু। য়রম অসিন, হে কর্দ্দম। নংন ইমা। পদ্ম মালিণী কৌবী লক্ষ্মীম ঐগী শাঙৈদ লৈবিয়ু।।১৩।।

আপঃ সৃজন্তস্নিগ্ধানি চিক্লিতবস মেগৃহে।
নিজ দেবীং মাতরংশ্রিয়ংবাসব মেকুলে। ১৪।।

হে কর্দ্দম। ঈশিংগী দেবতাশিংন অয়ংব পোং পোকই, নংন মতম পুম্বদ ঐগীদ লৈহনবিয়ো, ইমা নংন লক্ষ্মীবু ঐগী শাঙৈদ থমবিয়ু ॥১৪,।

আর্দ্রাংযঃ করণীং যষ্টিংপিঙ্গলাং পদ্ম মালিনীম্ ।
চন্দ্রাং হিরণ্ময়ীং লক্ষ্মীং জাতবেদোম আবহ ।।১৫।

হে মৈ কৌব লাই ! মান মশাদ কুচু থোকপ, মাগী খুত্তা ফজব চৈশু পায়বন ফজব ওইব, নোই পেনব, য়োং মানব মচু ওইব, থম্বালদ লৈবী, থম্বাল পরেং থোনবী কুচুন সনা অহিংব ওইন ভাল্লিবী, অচুগুম্বী লক্ষমীবু ঐগীদমক মকম অসিদ কৌবিরকউ ।।১৫।।

আর্দ্রাংযঃ করনীং যষ্টিং সুবর্ণাং হেমমালিনীম্ ।
সূর্য্যাংহিরণ্য ময়ীং লক্ষ্মীং জাতবেদোম আবহ ॥১৬।

হে মৈ কৌবা লাই ! কুচু পানবী, মাগী খুত্ত ফজব চৈশু পায়বন ফজব ওইব, কুচুন সমা ওইবী অমুসুং সনাগী লিক পরেং শিবী সুমিংকুম্না ভানবী লক্ষমীবু ঐখোয়গীদমক কৌবিরকউ ॥১৬॥

তাংম আবহজাত বেদো লক্ষ্মী মনপ গামিনীম্ ।
যস্যাংহিরণ্যং প্রভূতং গাবোদাস্যোহশ্বান বিন্দেয়ংপুরুষানহম ॥ ১৭।

হে মৈ কৌবা দেবতা ! মাগী থোজালন অয়াম্ব সনা, মনবী, শগোল, মীনাই, নিপা, মুপী, ইচা ইগুনচিংব ফংব ভমগনি । অনপগামিণী ওইবী লক্ষমী দেবীবু ঐগীদমক কৌবিরকউ ॥১৭॥

ইতি শ্রীসূক্তম্ । অসিদ শ্রীসূক্ত লোইরে ।

## লক্ষ্মী চরিত্রম্

কৈলাস শিখরে রম্যে নানা রত্নবিমণ্ডিতে।
নানা বৃক্ষলতাকীর্ণে বিহঙ্গগণশোভিতে॥১॥
নানা কুসুম গুল্মৈশ্চ বেষ্টিতৈশ্চ গণাবৃতে।
দেবদানব গন্ধর্ব্ব কিন্নরৈরূপ শোভিতে॥ ॥
মন্দমারুত সংবীতে পার্ব্বতী পরমেশ্বরৌ।
ভক্ত্যা দেবং প্রণম্যাথ পার্ব্বতীপরি পৃচ্ছতি॥ ॥

মুংঙায়রব কৈলাস কোব চীংদ মখল মখলগী রত্নদন লৈতে লব মখল মখলগী উশিংন কুংন কৌব অদুদ উচেকশিংন ফজন তোংব। মখল মখলগী লৈপালশিংন ইকোই-কোইন হৌব। লাই, দানব, গন্ধর্ব্ব, কিন্নরশিংন ফজন লৈব॥২॥ মুংশিংন তপ্ন তপ্ন হুমলিব মফম অদুদ ভক্তিগ লোইনন পার্ব্বতী অমসুং পরমেশ্বর অনীবু খুরুমহুন লৈরিব। মফম অদুদ পার্ব্বতীন মহাদেবদ হংখি।৩॥

## শ্রীপার্ব্বতী উবাচ

দেব দেব মহেশান সর্ব্বাগম বিশারদ।
ত্বমেব শরণং দেব লোকানাং দুঃখনাশনঃ॥৪॥

শ্রীপার্ব্বতীন হায়খি—অদুদিঃ হে লাইগী লাই ওইব। নংদি শাস্ত্র পুম্নমক হৈবনি, ইবুংঙোদি পুম্নমক্কী চংজফনি অমসুং ইবুংঙোগী থৌজালদন থবাই পানবন অরাবগী মশক ওইরব সমুদ্রদ্ব লাম্নরিবনি।৪॥

কমলায়াশ্চ মাহাত্ম্যং ব্রূহি মে প্রমথাধিপ।
কেনোপায়েন দেবী তু গৃহে ভবতি সুস্থিরা ॥৫॥

হে প্রমথগী মবু'ঙো! লক্ষমী দেবীগী মতীক মগুণবু ঐঙোন্দ তাহনবিয়ু অদুদি:- করম থবক তৌরগ "কমলা" কৌবী লক্ষমীন মীওইবশিংগী য়ুমদ লেংদন লৈবগে? ঐন অহ্ তাজনীংঙি ॥৫॥

## শিব উবাচ

সাধু সাধু মহাভাগে যত্ত্বয়া পরি পৃচ্ছ্যতে।
সারাৎ সারতরং লোকে গুহ্যং গুহ্যতরংমহৎ ॥৬॥
সর্ব্বপাপহরং পুণ্যং সর্ব্বদেব নমস্কৃতম্।
সর্ব্বমন্ত্র ময়ং সাক্ষাৎ সর্ব্ব যজ্ঞ ফলপ্রদম ॥৭॥
চিন্তনীয়ং প্রযত্নেন পাঠনীয়ং প্রযত্নত:।
বিনা জপেন হোমেন বিনা ধ্যানেন তাপসা।
ফলঞ্চ লভতে মর্ত্ত্যো লক্ষমী মাহাত্ম্য কীর্ত্তনাৎ। ৮॥

শ্রীমহাদেবন হায়খি - অহুদি:- হে লাইবক ফবী! হে অকবী। নংগী বাহং অসি তাবদ পেল্লে ঐন চাম-চামরক হয় থাগংলি নংন ময়ম অসিবু হংলি কায়বদগীন্দু কায়রব অমন্তুং থুম্লদগীন্দু থুপগ্রব পোংনি। লক্ষমীগী মতীক মগুণবু তাবদ পাপ পুন্নমক কোকইবনি, অসি য়ায় শেংগ্রব অমগুং

লাই পুম্নমক্কু খুরুমনকম ওইব্রিবনি, অসি মন্ত্র পুম্বগী মশক্তি অমসুং অসিন যজ্ঞশীংগী মহৈ ফংঙী। চেকশিন্ন অসিগী পাঠ তৌব অমসুং ধ্যান তৌবন পুম্নমক্কী ওইগদৌবনি। লক্ষমী মাহাত্ম্য শোন্বন অমদি অসিগী অথুপ্প খ'বন অথোইব মহৈ ফংঙি, জপ তৌব, হোম তৌব, ধ্যান তৌব, তপস্যা চিংব তৌব মী অহুনম্ব ফংব ঙম্ব নত্তে।৬ ৭।৮।

প্রাণস্বরূপমেতৎতুন কস্মিচিৎ প্রকাশিতম্।
ত্বৎস্নেহাৎময়া দেবি কথয়ামি সমা সতঃ ।।৯।।

হে মকম পুম্নমক্ক ঙাক্লিবী ও! লক্ষমী অসিনি মকদি ঐগী থবাইগী থবাইনি, ঐন ঙসি কাউবদ কনাগুম্বগী মকমদ হায়খিদ্রি - ত্তশেংম নংঙোন্দ পেলমলখিদ্রন হায়বনি।।৯।

## শ্রীশিব উবাচ

তপ্তকাঞ্চন বর্ণাঙ্গীং রামাং রাজীব লোচনাম।
নানা লঙ্কার ভুষাঢ্যাং রামস্য বামতঃস্থিতাম ।।১০।।
চিন্তামণি গৃহেরত্নসিংহাসন স্থিতাং সতীম্।
এবংসংচিন্তয়েৎযস্তু সম্ভবেৎ কমলা প্রিয়ঃ ।১১।

শ্রীমহাদেবন হায়খি— হে দেবী! যুদোংকব সনা মানব, মঙান্ন পুক্লিং হুব মাগী মিংন থম্বাল মনা মানব, লৈতেং পুম্বন লৈতেংব, চিন্তামনিগী য়ুমদ শ্রীরঘুনাথ রামগী ওইথংবদ অমসুং রত্নগী সিংহাসন মথক্ত লৈবী মীন অসিগুম্বী মবুংঙো নীংবদ পুক্লিং চংবী লক্ষমীবু নীংগদৌবনি, মী অদু লক্ষমী দেবীগী সুংশিব মকম ওই।১০।১১।

সদা চারুরতা যত্র আস্তিকা মানবাস্তথা ।
নবিরোধো গৃহেযত্র তত্র লক্ষ্মীর্ব´ সেংক্রুবম্ ॥১০॥

হে দেবী ! অহুগুম্ব য়ুম পান্দুন লৈরিব মীশিংন অৎেপ লৈতন লমচৎ কজন লৈব। ঈশ্বরবু থাজদব নাস্তিক ওইবগী মকমদ লক্ষ্মীন চংদে অমস্তুং য়াম্ন য়েংকন্ন অহুগুম্ব য়ুমদ মিৎবুপ অম কাউব লৈতে। য়েংনব লৈতব মকমতদ লক্ষ্মীন লৈ ॥১২।

যোহধর্ম্ম´ঞ্চ পরিত্যজ্য ধর্ম্মঞ্চাপি নিষেবতে ।
কমলা নিশ্চলা তস্মিন্ সত্যং সত্যং হিপাব্ব তি ॥১৩॥

হে পার্ব্ব´তী। ধর্ম্ম কায়দব ধর্ম্মদ তোব, এৌন চুম্ন হ য়রি। গাগী য়ুমদ লক্ষ্মীন লেংদন লৈ ॥১৩॥

অতি থেঃ সেবকো যশ্চ জ্ঞানযজ্ঞ তপোরত. ।
কমলা নিশ্চলা তস্য সত্যং সত্যং বদামি তে ॥১৪॥

হে চীংনিংথৌগী মচানুপী ! মী অচুন চাক নিববু ্ন তোব, যজ্ঞ অমসুং লাইদ নীংচুন লৈব. এৌন চুম্ন হায়রিবনি, অহুগুম্ব নিপাগী য়ুমদ লক্ষ্মীন লেংদন লৈ ॥১ ।

পতি পরায়না যত্র যত্রনারী স্বরূপিণী
গেহিণী ধর্ম্মিণী যত্র তত্র লক্ষ্মী বিরাজতে ॥১৫।

য়ুমগী নুপীনা মপুরোইব নীংবী, থোইন মশক ফজবী, থোইদোক্ন ধর্ম্ম´দ পুক্নিং চংবী, লক্ষ্মী দেবীন য়ুম অদুদ তত্তুন লাম্লোইতুন লৈ । ৫।।

কেশ সংস্কারণ ঞ্চৈব আদর্শে মুখদর্শনম্ ।
দেবানাঞ্চ পিতৃনাঞ্চ তর্প্পণং দন্ত ধাবনম্ ।১৬।
দিব সন্ধ্যা প্রভাতু নকুর্য্যাৎ যোহি মানবঃ ।
তং দৃষ্ট্বা কমলা ক্ষিপ্রং দূরত পরিবর্জ্জয়েৎ ।।১৭।।

মী অতুন শম হাংতোকপ, মিংশেলদ মায় য়েংব লাই, অমদি পিতৃলোকশিংগী তর্প্পন তৌব, যাখিন চৈ পায়তুন যাথিনব চুংশিল ওইত্রিবৈদ তৌহৌদব, অসিংগ্গ যত্তুব থবক তাসিবু উববদি লক্ষ্মীন তথক্-তথক্ত তমঃং য়ুম অহুবু থাদোক্লগ চংলি ।।১৬।১৭।।

গ্রামে তীর্থেতথা ক্ষেত্রে তথান্য পথি মধ্যতঃ ।
মল মূত্র পরিত্যাগী অলক্ষ্যাঃ সপ্রিয়: সুতঃ । ১৮।।

খুংগংদ, তীর্থদ, লৌবুক্ত অমদি লমবেন্দ, থী, যুং তাসি তৌশিল্লবদি মাবু লক্ষ্মীন থাদোকই মী অদু অলক্ষ্মীগী অচান্ন মচা ওই হায়ন থংঙু ।।১৮।।

মলং মূত্রং তথা কেশং কপালং ভস্ম চৈবহি ।
যপাদেন স্পৃশেৎ যোহি লক্ষ্মীংসমভি কাঙ্ক্ষতি ।।১৯ ।

মী অহুম লন লৈব পাম্নবদি— কন্নিগুম্বদম্ব থী, য়ুং, শম্, অশরবগী মকোক্, শক্ক, উংনচিংব খোংন শোয়োইদবনি— নেংলোইদবনি ।১৯।।

নগ্নোভূত্বা নচ স্নাতি নচ শেতে উলঙ্গক: ।
লক্ষ্মী বিরাজতে তস্মিন্ সত্যংক্রমিতিশঙ্করি ।২০।।

হে শঙ্করি! মী অহুন কি থোক্লুন ঈরুজব তৌদব, কি শেৎতন ভুগ্ন তৌদব এৗন শেংন হায়রি মী অহুদ লক্ষমীন ভাম্হোইহুন লৈ ২০।

দশাহীনং তথা চ্ছিন্নং বস্ত্রং মলিন দূষিতম্ ।
ঘৃণয়া ত্যজ্যতে যেন সভবেৎ কমলা প্রিয়ঃ ।।২১।।

মী অহুন অবাব তারব মতমদদি নত্তবদ, শেগায়ব অমস্তুং অমোংপ কিবু ভুকচন থাদোকপ, মী অহু চিংনব লৈতন লক্ষমীগী মু শিফম ওইরবনি ।।২১।

ইতি শ্রীশ্রীরুদ্রযামলে শিব গৌরী সংবাদে বেদগর্ভ
শর্ম্মনা অনুবাদিত লক্ষমী চরিত্রং সমাপ্তম্ ।।

মতাং অসিদ শ্রীরুদ্রযামলদ শীবগ গৌরীগ রারী শান্নব বেদগর্ভ শর্ম্মন মণিপুরীদ অনুবাদগ লোইনব কমলা প্রীতি সাধনঃ কৌব লক্ষমীগী চরিত্র লোইরে ।

— ——

# শ্রীশঙ্কর উবাচ

অথাতঃ সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষমী স্তোত্রমনুত্তমম্ ।
পঠনাৎশ্রবণাৎযস্য বরো মোক্ষমবাপ্নুয়াৎ ।।১।।
গুহ্যাৎ গুহ্যতরং পুণ্যং সর্ব্ব দেবনমস্কৃতম্ ।
সর্ব্বমন্ত্রময়ং সাক্ষাৎ শৃণু পর্ব্বতনন্দিনি ।।২।।

শ্রীমহাদেবন হায়খি— অহুদি :— হে পার্ব্বতী ! তৌজিক ঐন পুন্নমক্তগী অখোইব লক্ষমীগী স্তোত্রবু হায়রগে তারো। অসিবু তারবদি পারবদি শোয়দন মুক্তি কংগি। মসি থুপ্পদগীসু থুপ্পবনি লাই পুন্নমক্তসু থৌজয়রিবনি অমসুং মন্ত্র পুন্নমক্তা মশকনি ।।১। ।।

অনন্তরূপিণী লক্ষমী মপার গুণ সাগরীম্ ।
অনিমাদী সিদ্ধীদাত্রীং শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।।৩।।

হে দেবী। লক্ষমী। নংদি অনন্তগী মশকনি, নংদি সমুদ্রগী মশকনী অমসুং নংন পেল্লগ অনীয়ানচীংব সিদ্ধীবু পিরিবীনি। নংবু থৌজমজরি ।।৩।।

আপদুদ্ধারিণীত্বংহি আদ্যা শক্তিঃ শুভা পরা।
আদ্যা আনন্দদাত্রীচ শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।।৪।।

হে দেবী। নংন পেলবদ থৌজমজগ্রব মীবু থুদোংখিবদগী কনবিরীবনি, নংদি মঙ্গল ওইবীনি অমদি অহান্ন 'পরা' শক্তিনি, নংন পুন্নমক্তগী অহানবনি অমসুং নংদি মুংঙায়ববু পিরিবীনি, নংবু কোক নোম্ন থৌজমজরি ।।৪।।

ইন্দ্রমুখী ইষ্টদাত্রী ইষ্ট মন্ত্র সরূপিণী।
ইচ্ছা ময়ী জগংমাতঃ শিরসা প্রনমাম্যহম্ ॥৫।

হে দেবি! জগংকি ময়া ওইবী ও' নংত্তন পৃক্লিংগী অপান্দবু পিবীনি, নংগী নশান পূর্ণিমাগী থাগ মান্নন ডান্নিবীনি, নংন অপান্ন মন্ত্রী মশক ওইবীনি অমস্তুং অপান্নগী মশক ওইবীনি. নংবু ঐন খুরুমজরি ।৭॥

উ ম'উ মাশতে স্তু স্তু উৎকণ্ঠাকুল নাশিনী।
উর্ব্বীশ্বরী জগন্মাতর্লক্ষ্মী দেবি নমো স্তুতে ।৬।

হে লক্ষ্মী দেবি! ন'দি উমাগী মবু'ঙোগীনি উমান খোরাংখ্রব মীওইবগী খোরাংব কোকহন্নবীনি অমস্তুং পৃথিবীগী মবেম্মনি, ন'বু খুরুমজরি ।৬॥

ঐরাবত পতেঃ পূজ্যা ঐশ্বর্য্যাণাং প্রদায়িণী।
উদার্য্যগুণ সম্পন্না লক্ষ্মী দেবি নমে স্তুতে ॥৭।

হে দেবি। নংন ইরাবতগী মথক্ত তোংব লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রমক্ত পূজা তৌব্রবীনি ন'ম শৈরেগ মপুংফাব লন থুম শিব ভক্তী অমস্তুং পুক্ষচেল চাউব গুণন লৈতেংব্ ওই, নংবু ঐন খুরুমজরি ॥৭।

কৃষ্ণবক্ষঃ স্থিতা দেবি কলি কল্মষ নাশিণী।
কৃষ্ণচিত্তহরা কত্রি শরসা প্রণমাম্যহন্ । ৮॥

হে কমলে। নংন মতম্ পুম্নমক্ত শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্ত লৈন্নিবীনি। নং নত্তন অমস্তুং কলাগুম্নন্ত কলিগী পাপ্প কোহনবগীদমক ঙম্ব লৈতে মংতন শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লিংবু ছুরিবনি। মরম অসিন নংতন পুম্নমক তৌরিবীনি হায়বদি নংন পুম্নমক ওইরিবনি, নংবু খুরুমজরি ।৮॥

কন্দর্প দমনা দেবি কল্যাণী কমলাননা।
করুনা র্নব সম্পুর্না শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।।৯।

হে দেবি! নংন 'কাম' কৌব লাইগী নাপলবু থুদেকখি, মঙ্গলগী মশক ওইবীনি, মাইথোং থম্বাল মানবী পুক্নিং ছবীনি, নংদি থৌজালগী সমুদ্রনি। ঐন নংবু খুরুমজরি ৯।।

খঞ্জনাক্ষী খগনাসা দেবি খেদবিনাশিনী।
খঞ্জরীট গতি শৈবরশিরসা প্রণমাম্যহম্ ।।১০।।

হে দেবি! নংদি খঞ্জংচাকি মিৎত্তা ওইবী নংগী নাতোম্ন গরুড়গী নাতোন মান্ন পুক্নিং ছবীনি, নংঙোন্দ চংজরব মী পুম্নমক্কি অবাব কোকপিবনি, নংন চৎপন খঞ্জ চাক্ক মান্নন তপ্ন-তপ্ন চৎপি, নংবু ঐন খুরুমজরি। ১০।।

গোবিন্দ বল্লভা দেবি গন্ধর্ব্ব কুলপাবণী।
গোলোক বাসিণী মাতঃ শিরসা প্রণমাম্যহম্ ॥১১॥

হে জননি! অপোকপী। নংন বৈকুণ্ঠগী মবুংঙো গোবিন্দগী [illegible]মথোইবীনি, নংগী থৌজালন 'গন্ধর্ব্ব'' শাগৈগী অশেংব ওই, নংন মতম পুম্নমক্ক গোলোকদ শান্নরিবীনি, ঐন নংবু খুরুমজরি ॥১১।।

জ্ঞানদা গুণদা দেবি গুণাধ্যক্ষা গুণাকরী।
গন্ধ পুষ্প ধরা মাতঃ শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।।১২।।

হে দেবি! ইমা! নং লৌশিং পিরিবীনি অমম্বুং গুনশিংগী মকোক ওইবী অমম্বুং গুণশিংগী থোক্লকমনি। নংদি লৈ, চন্দন মতম পুম্নমক্ক লৈতেংলিবীনি। নংবু ঐন খুরুমজরি। ২২।।

ঘনশ্যাম প্রিয়া দেবি ঘোর সংসার তারিণী।
ঘোর পাপ হরা চৈব শিরসা প্রণমাম্যহম্ ॥১৩॥

হে কমলে। নংদি শংবান্নব শ্রীহরিগী চান্নবীনি, নংতন ভয়খিরব সংসারগা ঈশাকগী লোথংপ ওইবীনি, অমসুং অকিব কংলব পাপ্প কোকহল্লিবীনি। ঐন নংবু খুরুমজরি ॥১৩॥

চতুর্ব্বেদ ময়ী চিন্ত্যা চিত্ত চৈতন্য দায়িণী।
চতুরানন পূজ্যা চ শিরসা প্রণমাম্যহম্ ॥১৮।

হে লক্ষ্মী। নংদি বেদ মরিগী মশক ওইরিবীনি, যোগীশিগী নীংনকম ওইবীনি। নংগী থোজাম্ন পুক্লিংদ চৈতন্যজ্ঞানগী শন্দোকুব ওইরিবীনী। জগংকী মপু ওইব ব্রহ্মামকুন্সু পূজা তৌগ্রবীনি। অসিদগী হে অপোকপী। ঐন নংবু খুরুমজরী ॥১৪॥

চৈতন্যরূপিণী দেবি চন্দ্রকোটি সমপ্রভা।
চন্দ্রার্ক নখর জ্যোতি ল'ক্ষ্মী দেবি নমাম্যহম্ ॥১৫॥

হে দেবী। 'চৈতন্য'গী মশক ওইবীনি, নংগী নশাগী মঙাল্ন পুক্লিং হুবীনি। নংগী থুং খোংগী খু'জলশিংগী মঙাল্ন লুমিং থাগী মঙালবু হেল্লিবীনি। ঐন নংবু খুরুমজরি ॥১৫॥

চপলা চতুরা ধাক্ষা চর মেগতি দায়িণী।
চরাচরেশ্বরী লক্ষ্মী শিরসা প্রণমাম্যহম্ ॥ ৬॥

হে লক্ষ্মী। নংদি মফম অমতদ লৈতে অদুদগী "চপলা" পুক্লিং মাংবী কৌই মিং অসি কাউরিবীনি, অরোইবা মতমগী লমী তাকপিবী অমসুং নংতবু থরাই পাম্নশিংগী মীংনবগী মবেম্ম ওইরী, হে দেবী। ঐন নংবু কোক নোম্ন খুরুমজরি ॥১৬॥

ছত্রচামর যুক্তাচ ছলচাতুর্য্য নাশিণী।
ছিদ্রোষহারিণী মাতঃ শিরসা প্রণমাম্যহম্ ॥১৭॥

হে জননি। হে অপোকপী! নংদি ছত্র চামরন য়াম্ব হেম্ব কজরি, লৌনম্ তৌব হৈশি,শাব পুম্ব্মক নংগী নত্তীকু মাংহল্লি। নংম পাপ পুম্ব্মকপু ক্লোকহনবীনি, অসিদগী কোক নোম্ব খুরুমজরি ॥১৭।

জগৎমাতা জগৎ কর্ত্রী জগদা ধাররূপিণী।
জয়প্রদা জানকীচ শিরসা প্রণমাম্যহম্ ॥১৮॥

হে অপোকপী! নংদি জগৎকী মমানি, নংন জগৎ শেমগ্রিবীনি অমস্তুং জগৎকী লৈকমনি। জয় পিনবীনি অমস্তু' নংন "জানকী" ওইহুন লৈবাক্কগী পোকখি। ঐন নংবু খুরুমজরি ॥১৮।

জনকীশ প্রিয়া ত্বংহি জনকোৎসুবদায়িণী।
জীবাত্মনীচ ত্ব মাতঃ শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।১৯।।

হে অপোকপী! "জানকী সীতা"গী মবুংগো রামচন্দ্রগী চায়বীনি, নংন নিংথো জনকগী মুংঙায়হনখিবীনি অমস্তুং থরাই পানব পুম্বগী থরাইনি। ঐম নংবু কোক নোম্ব খুরুমজরি ॥১৯॥

ঝিঁল্লীর বন্দনা দেবি ঝঞ্ঝা বাতনিবারিণী।
ঝর্ঝর প্রিয়বাদ্যাচ শিরসা প্রনমাম্যহম্ ॥২০॥

হে দেবী। নংগী খৌরিদগী খোরকপ স্বরদি ঙুংশিংনে কম হুম্নকপগ মায়ৈ। মংগী খৌজালতন অকম্ব মুংশিত্তগী কনবীরিবনি। নংদি 'গোবদ্ধ'' নচিংব চীংশিংদগী চেম্বরকপ ঈশিংগী মখোল ওইবী, অদুতদ অপাম্ব মশক ওইবী, ঐন কোক নোম্ম খুরুমজরি॥২০॥

টঙ্কদায়িণী তুংগি তুঞ্চ ঠক্কার রূপিণী।
চক্কাদি বাদ্য প্রণয়া ডম্ফ বাদ্য বিনোদিনী। ২১॥
ডমরু প্রণয়া মাতঃ শিরসা প্রণমাম্যহম্।

হে দেবী! জননি! তশেংব, নংন লন পিবীনি, নংদি ঠকারগী মশক ওইবীনি (হায়বদি থাগী মকোইগী মশক ওইবীনি) ডমরু, ডফ, অমদি পখাজগী খোঞ্জেম খোরকপ মখোন্দ পেনবী ওইরিবীনি। ঐন নখোং খম্বালদ খুরুমজরি॥২১॥

তপ্ত কাঞ্চন বর্ণাভা ত্রৈলোক্য তারিণী।
ত্রিলোক জননী লক্ষ্মী শিরসা প্রণমাম্যহম্ ॥২২॥

হে দেবী। মংগী কুচুদি কুদোংব সনাগী মচু মায় কৈ, নংন খরোল অহুমগী মমা ওইবীনি ঐন কোক নোম্ম খুরুমজরি ॥২২।

ত্রৈলোক্য সুন্দরী ত্বংহি তাপত্রয়নি বারিণী।
ত্রিগুণ ধারিণী মাতঃ শিরস প্রণমাম্যহম্॥২৩॥

হে অপোকপী। ময়োল অহুম্মক্ত থোইন শকু কজব ওইরিবীনি। নংন মৈচাব অহুম্বু কোকহনবীনি, নংন সত্ত্ব, রজ অমস্তুং তম গুণ অহুমবু পুরিবীনি। ঐন নংবু খুরুমজরি॥২৩॥

ত্রৈলোক্য মঙ্গলা ত্বংহি তীর্থ মূলপদয়া।
ত্রিকালজ্ঞা ত্রাণকর্ত্রী শিরসা প্রণমাম্যহম্॥২৪॥

হে দেবী! নংন ময়োল অহুমগী অফব তৌবিবীনি, নংগী নখোং থম্বাল অনীদ মপুংকারব তীর্থ ওইন ঙাল্লিবীনি, নংন হৌখ্রব, ওইরকদব, হৌজিক ওইরিব মতম অহুম্বু খংবীনি অমস্তুং নংন জীবশিংবু ঙাক্লিবীনি। ঐন কোক নোম্ন খুরুমজরী॥২৪॥

দুর্গত্তি নাশিণী ত্ব হি দারিদ্র্যা পংবিনাশিনী।
দ্বারকা বাসিনী মাতঃ শিরসা প্রণমাম্যহম্॥২৫॥

হে ইমা! নংন অবাব তারব মীওইববু অবাবদগী কোকহল্লি অমস্তুং লাইরব মীবু লাইরব কোকহনবীনি, নংন দ্বারকাদ ঙাম্মোইরিবীনি, ঐন কোক মোম্ন খুরুমজরি॥২৫॥

দেবতানাং দুরারাধ্যা দুঃখশোক বিনাশিনী।
দিব্যা ভরন ভূষ'ঙ্গী শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।২৬।

হে দেবী। লাইশিংনসু য়াম্ন রান নীংজবদগী নংবু ফংশি, নংন পেল্লবদ অরাব অমসুং খমোই শোক্ল রাবরু কোকপী, মক্লুব নৈতেংশিংন থোইদোক্ল ফজত্নন লৈ। ঐন কোক নোম্ন খুরুমজরি।২৬।

দামোদর প্রিয়াংতুংহি দিব্যযোগ প্রদর্শিণী।
দয়া ময়ী দয়া ধ্যক্ষী শিরসা প্রণমাম্যহম্।২৭।

হে অশোকপী। "দামোদর" কোব 'হরি'গী চান্নবীনি, নংগী থৌজান্ন লেপ্পমক দিব্যজ্ঞান ফংহি, নংদি থৌজালগী মশক ওইবীনি অমসুং থৌজালগী মকোক ওইবীনি। ঐন কোক নোম্ন খুরুমজরি।।২৭।।

ধ্যানা তীতা ধরাধ্যক্ষী ধণ ধান্য প্রদায়িনী।
ধর্ম্মদা ধৈর্য্যদা মাতঃ শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।২৮।

হে ইমা! নংবু নীংবন অথোইবনি, পৃথিবীগী অথোইবীনি, নংন ভক্তশিংগী লন-ফৌ পি. নংন ধর্ম্ম অমসুং থাংব কনব পিবীনি। ঐন নংবু খুরুমজরি।।২৮।

নবগোরোচনা গৌরী নন্দনন্দন গেহিণী।
নব যৌবন চার্ব্বঙ্গী শিরসা প্রণমাম্যহম্।।২৯।।

নংদি অনৌব গোরোচনগ মান্নন ঙৌবীনি, নংদি নন্দগী মচা বৃন্দাবনগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীনি, নংদি যৌবন ওইবন য়াম্ন কুচু ফজবীনি। ঐন নংবু কোক নোম্ন খুরুমজরি।।২৯।।

নানারত্নাদি ভূষাঢ্যা নানা রত্ন প্রদায়িণী ।
নিতম্বিণী নলিনাক্ষী লক্ষ্মী দেবি নমোঽস্তুতে ।।৩০।।

হে লক্ষ্মী। নংন পেল্লগ অশুকপ কংন রতন পি, নংদি রত্নমাচিংবন লৈতেংজুনা থোইন ফজব ওইরি নংন পেল্লগ মথল মথলগী রত্নশিংবু পি, নিতম্বিনী ওইবীনি অমস্তুং থম্বাল মিত্তা তাবিনী। ঐন নংবু খুরুমজরি ।।৩০।।

নিধুবন প্রেমানন্দ' নিরাশ্রয় গতিপ্রদা ।
নির্বিকারা নিত্যরূপা লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ।।৩১।।

হে দেবী লক্ষ্মী। নংগী মওং লৈতে অমস্তুং নংদি লেংদ্রব, থোইন মুংঙাইরিব, মশক ওইবানি। নিধু বনদা শায়রিবনি, মংন চংজকম লৈতবগী চংজকম পিবীনি, নংবু খুরুমজরি।৩১।।

পূর্ণানন্দ ময়ী ত্বংহি পূর্ণ ব্রহ্ম সনাতনী ।
পরা শক্তিঃ পরা ভক্তি র্লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ।।৩২।।

হে লক্ষ্মী দেবী। নংদি মপুং ফাব মুংঙায়বগী মশক ওইবীনি। নহাক্তি অথোইব 'শক্তি'নি অমস্তুং অথোইব ভ'ক্তগী মশক ওইবীনি। নংবু ঐন খুরুমজরি ।৩২।।

পূর্ণচন্দ্র মুখী ত্বংহি পরানন্দ প্রদায়িনী ।
পরমার্থপ্রদা লক্ষ্মী শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।।৩৩।

হে লক্ষ্মী। নংগী মাইথোংদি পূর্ণিমাগী থাজগ মান্নন কজে, নংদি থোইন মুংঙায়দনবা লৈবীনি অমস্তুং অথোইব কায়ব পিবীনি। ঐন নংবু খুরুমজরি ।৩৩।।

পুণ্ডরী কাক্ষিণী ত্বংহি পুণ্ডরী কাক্ষ গেহিণী।
পদ্মরাগ ধরা ত্বংহি শিরসা প্রণমাম্যহম্‌ ॥৩৪॥

হে ইমা! নংগী মিংতি থম্বাল মাগি অমম্বুং থম্বাল মনা মাম্ব মিংনি, হরিগী যুমগী মবেম্মা ওইবীনি, 'পদ্মরাগ' কৌব মনিনচিংব শিবন কজব ওইবীনি, ঐন নংবু খুরুমজরি ॥৩৪॥

পদ্মা পদ্মাসনা ত্বংহি পদ্মমালা বিধারিণী।
প্রণবরূপিণী মাতঃ শিরসা প্রণমাম্যহম্‌ ॥৩৫॥

হে ইমা! নংদি থম্বালগী মথক্ত ভাম্বোইদুন লৈবীনি, গরম অসিদগী নমিংবু "পদ্মা" কৌই, নংগী ভকশমদ থম্বাল পরেং শি, নংদি "ওঁ" কারগী মশক ওইরিবীনি। ঐন নংবু খুরুমজরি ॥৩৫॥

ক্ষুল্লেন্দুবদনা ত্বংহি ক্ষণি বেণী বিমো হনী।
ক্ষণি শায়িপ্রিয়া মাতঃ শিরসা প্রণমাম্যহম্‌ ॥৩৬॥

হে ইমা! অপোকপী! মাইথোং থম্বাল ওইবী থোরকপ থাগী মওং ওইন তরু-তরুবীনি, নংগী কোক্তী শম্না লিলগুম্ম কজবীনি, নংদি "ক্ষীর সমুদ্র"দ লিলগী মভোক মথক্ত য়াহুম্ম লাইগী লাই ওইব শ্রীবীষ্ণুগী চানথোইবীনি। ঐন কোক নোম খুরুমজরি ॥৩৫॥

বিশ্বকর্ত্রী বিশ্বভর্ত্রী বিশ্বধাত্রী বিশ্বেশ্বরী।
বিশ্বা রাধ্যা বিশ্ববাহ্যা লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে।৩৭।।

হে লক্ষ্মী দেবি! নংম সংসারবু সেম্বিনী, নংন সংসারবু ঙাকলিবিনি। নংন সংসারবু য়োকিলবীনি অমস্তুং নংদি মপুং কাবগী মবেম্মনি। নংন সংসারদ লৈরিবীনি, জীবশিংন নীংজবদ মতীক চাবীনি, নংন সংসার পুম্নমক লৈগ্রবসু অহুদ নপুন থক লৈতে। নংম সংসারগী মপালদ লৈ। নংবু ঐন খুরুমজরি ॥৩৭॥

বিষ্ণু প্রিয়া বিষ্ণু শক্তি বীজ মন্ত্র স্বরূপিণী।
বরদা বাক্য সিদ্ধিদাচ শিরসা প্রণমাম্যহম্ ॥৩৮॥

হে দেবি! নংদি শ্রীবিষ্ণুগী চান্নথোইবীনি, অমস্তুং শ্রীবিষ্ণুগী পাঙ্গন্নি, নংদি বীজ মন্ত্রগী মশকনি। নংদি বর পিম হৈবীনি অমসুং বাহৈন অশেংব পাংথোকপিনি। ঐন খুরুমজরি ॥৩৭॥

বেণু বাদ প্রিয়া ত্বংহি বংশী বাদ্য বিনোদিণী।
বিদ্যুৎ গৌরী মহাদেবি লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ॥৩৯॥

হে মহাদেবি! হে লক্ষ্মী দেবি! নংদি নোংথাংগুম্ন অঙৌবীনি, 'বেনু' অমস্তুং 'বাশী'গী মথোলবু পামজবীনি। নংবু ঐন খুরুমজরি ॥৩৯॥

ভক্তি মুক্তি প্রদা ত্বংহি ভক্তা নুগ্রহকারিণী।
ভবার্ণব ত্রার্ণব কর্ত্রী লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে।।৪০।

হে লক্ষ্মী দেবি। নংদি 'ভক্তি' অমসুং 'মুক্তি' পিবীনি, ভক্তশিংগী মকমদ থৌজালবীনি অমসুং নংন ভক্তশিংবু সংসার সমুদ্রদগী লানবীরিবীনি। নংবু খুরুমজরি ।।৪০।।

ভক্ত প্রিয়া ভাগীরথী ভক্ত মঙ্গল দায়িনী।
ভয়দা ভয়দাত্রীচ লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ।৪১।

হে অপোকপী। নংন ভক্তশিংগী মকমদ নুংশিবীনি, নংদি 'ভাগীরথী' ( গঙ্গা ) গী মশক ওইবীনি, ভক্তশিংগী ফননব তৌবীনি, নংদি ফত্তব মীশিংবু অকিব পিরিবীনি অমসুং চংজরক-শিংবু কিহন্দব পিরিবীনি। নংবু কোক নোম্ন খুরুমজরি ।৪১।।

নমোভীষ্ট প্রদা ত্বংহি মহামোহ বিনাশিনী।
মোক্ষদা মানদাত্রীচ লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ।৪২।।

নংন পুক্নিংগী অপাম্ব মপুং ফাহন্নবীনি অমসুং থোইদোক্ন অওকপবু কোকহন্নবীনি। নংন অরান খুবম অমসুং ইকাই খুম্নব পিরিবীনি। নংবু খুরুমজরি ।৪২।।

মহাধন্যা মহামান্যা মাধব মন মোহিণী।
মুখরা প্রাণহন্ত্রীচ লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ।৪৩।।

হে লক্ষ্মী দেবি। নংদি অতাংবীনি অমসুং নীংনমিংঙাম্ন ওইবীনি। 'মাধব' কৌব শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিং শুন্নহনীংবিনী, মুপীশিংদ য়াম্ন রা হায়বীনি, মংন "প্রলয়" তৌরিবীনি। নংবুখুরুমজরি ।৪৩।

যৌবন পুর্ণ সৌন্দর্য্যা যোগ মায়া যোগেশ্বরী ।
যুগ্ম শ্রীকলবক্ষাশ্চ লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ॥৪৪॥

হে দেবী ! নংন মপুং ক্বারব যৌবন ওইব থোইন কুচু পাল্লি, নংদি "যোগমায়া"গী মশক্তি অমস্তুং যোগগী মবেন্ম ওইবীনি, নংগী থবাক্তি হৈখাগোক মহৈগুম্ন নোই পেন্ন ৱাংন অনী ওইখীনি। নংবু খুরুমজরি॥৪৪।

যুগ্মাঙ্গদবিভুষাঢ্যা যুবতীনাং শিরোমণি ।
যশোদা সুত পত্নী চ লক্ষ্মী দেবি নমোঽস্তুতে ॥৪৫॥

হে দেবি ! নংগী খুং অনীদ লৈত্তেং পুন্নমক্ল লৈবন থোইদোক্ল কজব ওই। নংদি নুপীশিংগী কোক্নী মনিগী মশক ওইরিবীনি, নংদি "যশোদা"গী মচানিপা কৃষ্ণচন্দ্রগী মুংঙাইবগী লোইনবীনি, নংবু ঐন খুরুমজরি ॥৪৫॥

রূপ যৌবন সমপন্না রত্নালঙ্কার ধারিণী ।
একেন্দু কোটি সৌদর্য্যা লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ॥৪৬॥

হে দেবি ! নংদি রায় কজবীনি অমস্তুং মথোংকাবীনি, রতনগী লৈত্তেং পুন্নমক্ল লৈত্তেংবন থোইদোক্ল কজব ওইরি। মংগী মঙাম থা কোটিগী মঙানদগীস্তু কৈক্ল। নংবু খুরুমজরি। ৪৬॥

রমা রামা রাম পত্নী রাজ রাজেশ্বরী তথা ।
রাজ্যদা রাজ্য হন্ত্রীচ লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ॥৪৭॥

হে দেবি ! নংদি মুংঙাইহনবীনি অচুন 'রমা' কৌই, নংদি রামচন্দ্রগী লোইনবী জানকীনি, নংদি নিংথৌ-নিংথৌশিংগী মবেস্মনি। নংন পেন্নগ লৈবাকপি অমস্তুং নংন শাউরগ লৈবাক মাংহল্লি। নংবু খুরুমজরি ॥৪৭।

লীলা লাবণ্য সম্পন্না লোকানু গ্রহকারিণী।
ললনা প্রীতি দাত্রীচ লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ॥৪৮॥

হে অপোকপী ! নংন লোক পুম্নমক্ত থোজ।ল্লি। মুপীশিংদন নংন থোইন অপেম্ন ওই। নংবু খুরুমজরি ।৪৮॥

বিদ্যাধরী তথা বিদ্যাবন্দুদা ত্বংহি বন্দিতা।
বিন্ধ্যাচল বাসিনীচ লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ॥৪৯॥

হে দেবী। নংদি "বিদ্যা"নি, নংদি "বিদ্যাধরী"নি, নংদি লন পিবীনি অমসুং নংদি খুরুমজবদ মতৌক চাবীনি, "বিন্ধ্যাচল" কৌব চিংদ লৈবীনি, নংবু খুরমজরি ॥৪৯॥

শুভ্র কাঞ্চন গৌরাঙ্গী শঙ্খ কঙ্কনধারিণি।
শুভদা শীল সম্পন্না লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ॥৫০॥

হে দেবি নংদি লুরব সনাগ মান্নন ঙৌরবনি, নংগী খুত্ত মোইবুং খুজিন ঙাম্মোইরিবীনি, মঙ্গল পিরিবীনি অমসুং ফজব লমচৎ চৎপিনি। নংবু খুরুমজরি ।৫০॥

ষট্চক্রভেদিণী ত্বংহি ষড়ৈশ্বর্য্য প্রদায়িনী।
ষোড়শী বয়সা ত্বংহি লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে। ৫১॥

হে অপোকপী। নংদি চক্র তরুকপু ফাউদোকপিনি, মথল তরুকবী লন-থুম্ পিবীনি, চহি তরাতরুকবী মওং ওইবীনি। নংবু ঐন খুরুমজরি।।৫১॥

সদানন্দ ময়ী ত্বংহি সর্ব্ব সম্পত্তি দায়িনী ।
সংসার তারিণী দেবি শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।।৫২।।

হে দেবি। নংদি মতম পূম্নমক্ক মুংঙায়দনত লৈবীনি, মপৃংফাব লন্ থুম্ পিব ঙম্মি অমস্তুং তমথিরব সংসারদগী লানর্ব ম্নিবীনি । ঐন নংবু কোক নোম্ন খুরুমজরি ॥৫২।

সুকেশী সুখদা দেবি সুন্দরী সু নেত্রমা
সুরেশ্বরী সিদ্ধি দাত্রী শিরসা প্রণমাম্যহম্ । ৫৩।

হে দেবি । নংগী শমদি পুক্কি' ত্থন ফজৈ, থোইন ফজবী তমস্তুং পুক্কিং ছুরবীনি, লাই পূম্নমক্কী মবেম্মনি তমস্তুং "সিদ্ধি' পিবীনি, নংনবু থৌজাল্লবদি মুংঙায়ব ফংতি। নংবু ঐন খুরুমজরি । ৫৩।

সর্ব্ব সঙ্কট হন্ত্রীচ সত্য সত্ত্ব গুণান্বিতা ।
সীতা পতি প্রিয়া দেবি শিরসা প্রণমাম্যহম্ ।৫৪॥

হে দেবি! নংদি চিংনব পূম্নমক কোকহণ্বীনি, অচুম্বদ পুক্কিং চংবী অমস্তুং সতীগী গুন্ন তিনবীনি, সীতাগী মবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রগী মহারাণীনি অযোধ্যা কোম্মুংগী অশেংব ওইশ্রবীনি । নংবু ঐন খুরুমজরি । ৫৪।।

হে মাঙ্গীচ হাস্য মুখী হরিচেতো বিমোহিনী ।
হরি পাদপ্রিয়া দেবি শিরসা প্রণমাম্যহম্ ॥৫৫।

হে দেবি ! নংদি ফুদোংলব সনাগ মাম্নন ঙৌরবীনি, শ্রীহরিগী পুক্কিং গুক্কংপিনি, নংগী পুক্কিংম হরিগী চরণগী সেবাদ পুক্কিং চংবী ওইন লৈ। নংবু ঐন খুরুমজরি ।।৫৫।।

ক্ষেমকরী ক্ষমা দাত্রী ক্ষৌমবাস বিধারিণী।
ক্ষীর মধ্যাচ ক্ষেত্রাঙ্গী লক্ষ্মী দেবি নমোস্তুতে ॥৫৬।

হে দেবি! নংনা অফব ওইহনবীনি, খাংব কনব পিরিবীনি অমসুং খ্বাংদ রেশমগী ফি শেংপীনি, নংগী খ্বাংন চেংবন ফজব ওই। নংগী নশাদ তীর্থ পুম্নমক লৈ। নংবু ঐন খুরুমজরি ॥৫৬॥

## শ্রীশঙ্কর উবাচ

আকারাদি ক্ষকারান্তং লক্ষ্মীদেব্যা স্তবং শুভম্।
পঠিতব্যং প্রযত্নেন ত্রি সন্ধ্যঞ্চ দিনে দিনে। ৫৭॥

শ্রীমহাদেবন হায়খি হে চীংনিংথৌগী মচানুপী! নংন হংখিব লক্ষ্মীগী মতীক মগুণবু অমসুং অকারদগী ক্ষকারদ লোইব ময়েক্কী ওইব লক্ষ্মীগী স্তোত্রবু হায়খ্রে, অসি মঙ্গলগী মহৈ পিবনি স্তোত্র অসি নুমিৎ খুদিংগী মতম অহুমদ পাঠ তৌগদৌবনি ॥৫৭॥

পুজণীয়া প্রযত্নেন কমলা করুণা ময়ী।
বাঞ্ছা কল্পলতা সাক্ষাৎ ভুক্তি মুক্তি প্রদায়িণী ॥৫৮॥

মাম অপাম্ব মহৈ পিবদ লেংত্রব 'কল্পলতা" ওই, ভুক্তি অমসুং মুক্তি পি, মাদি মঙ্গলগী মশক্তি লক্ষ্মীগী পুজাদি যত্নগ লোইনন পুজা তৌগদৌব ওই ॥৫৮॥

ইদং স্তোত্রং পঠেৎ যস্তু শৃণুয়াৎ শ্রাবয়েৎ অপি ।
ইষ্টসিদ্ধি র্ভবেত্তস্য সত্যং সত্যংহি পার্ব্বতি ।।৫৯।।

হে পার্ব্বতি! মী অদুন অসিগুম্ব লক্ষ্মীগী স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌজরব অমদি মীবু তাকনব, মাগী চিংনব লৈতন নীংব থুংঙি ।।৫৯।

ইদং স্তোত্রং মহা পুণ্যং যঃ পঠেৎ ভক্তি সংযুতঃ ।
তঞ্চ দৃষ্ট্বা ভবেৎ মূকোবাদী সত্যং নসংশয়ঃ ॥৬০॥

হে গৌরী! মী অদুন ভক্তি তৌন অসিবু শেংন স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌব, মাবু উবদ মরোল থোক্তবন রা ঙাংব ঙম্বগী পাঙ্গল ফংঙি, অসি চিংনফম লৈত্রবনি ॥৬০॥

শৃণুয়াৎ শ্রাবয়েৎ যস্তু পঠেদ্বা পাঠয়েৎ অপি ।
রাজানো বশমায়ান্তি তংদৃষ্ট্বাগিরি নন্দিনি ॥৬১॥

হে গিরি নন্দিনি! পার্ব্বতী! মী অদুন স্তোত্র অসিবু তাবব অমসুং মীবু তাহনব পাঠ অমসুং মীবু পাহনব। অদুবু উবদ মীবু নিংথৌ ফাউব থুদুম চনব ঙম্মি ।।৬১।।

তংদৃষ্ট্বাদুষ্ট সংঘাশ্চ পলায়ন্তেদি শোদশ ।
ভূত প্রেত গ্রহাযক্ষা রাক্ষসাঃ পন্নগাদয়ঃ ।।
বিদ্রবন্তি ভয়ার্ত্তা বৈ স্তোত্র স্যাপিচকীর্ত্তনাৎ ।৬২।।

মী অদুন লক্ষ্মীগী স্তোত্রবু কীর্ত্তন তৌব অদুবু উবদ ফত্তব-শিংন মায়কৈ তরাদ চেলখি, ভূত, প্রেত, গ্রহ, যক্ষ, রাক্ষস, সর্পনচিংব পুম্নমক কিদুন চেনখি। অসি চিংননীংঙায় লৈতে॥৬২॥

সুরাশ্চ অসুরাশ্চৈব গন্ধর্ব্বাঃ কিন্নরাদয়ঃ ।
প্রণমন্তি সদা ভক্ত্যা তংদৃষ্ট্বা পাঠ কংমুদা ॥৬৩॥

মী অহুন স্তোত্র অসিবু পাব, মাবু লাই, গন্ধর্ব্ব কিন্নর পুম্নমক য়েংবদ নুংঙাই ভক্তিগ লোইনন খুরুম্মি ॥৬২॥

ধনার্থী লভতে চার্থ পুত্রার্থীচ সুতংলভেৎ ।
রাজ্যার্থী লভতে রাজ্যং স্তবরাজস্য কীর্ত্তণাৎ ।৬৪॥

থোইদোক্লব অসিগুম্ব স্তোত্রবু কীর্ত্তণ তৌবন লন্ বু পাম্বন লন্ ফংঙি মচা পাম্ববুন মচা ফংঙি অমম্নুং নৈবাক পাম্বন রাজ্য ফংঙি ॥৬৪॥

ব্রহ্ম হত্যা সুরা পানং স্তেয়ং গুর্ব্বগণাগমঃ ।
মহা পাপোপ পাপংচ তরন্তি স্তব কীর্ত্তনাৎ ।৬৫॥

মী অহুন ব্রাহ্মন হাৎপা, য়ু থকপ, হুরানব গুরুগী মুপীদ চংলুব মহা পাপ, উপ পাপ তৌবনচিংবম স্তোত্র অসি কীর্ত্তন তৌবদ পাপ পুম্নমক লোইন কোকই ॥৬৫।

গদ্য-পদ্য ময়ী বাণী বদনাৎতু প্রজায়তে ।
অষ্ট সিদ্ধি মবা প্নোতি লক্ষ্মী স্তোত্রস্য কীর্ত্তনাৎ ॥৬৬॥

লক্ষ্মী স্তোত্র অসিবু কীর্ত্তন তৌবন মশামক্তি মচিন্নু গদ্য-পদ্যগী মশক ওইব বাকৈ পুথোকপ অমস্নুং কীর্ত্তন তৌরিব মী অহুন চিংনব নৈতন মথল নিপালগী সিদ্ধিশিং ফংঙি ॥৬৬॥

বন্ধ্যা চাপি লভেৎ পুত্রং গর্ভিণী প্রসবেৎ সুতম্ ।
পঠনাৎস্মরণাৎ সত্যং বচিম তেগিরিনন্দিনী ॥৬৭॥

হে চৌংনিংথৌগী মচাম্বুপী। ঐন নংঙোন্দ শেংনা হায়রি মহুদি ঃ—স্তোত্র অসি পাব অমসুং তাবন অথুংবী নুপীসু মচা পোকই অমসুং মিরোনবী নুপীন অকব মচা পোকই ॥৬৭॥

ভূর্জ্জ পত্রে সমালিখ্য রোচনা কুঙ্কুমেণতু ।
ভক্ত্যাসং পূজ য়েৎযস্তু গন্ধ পুষ্পাক্ষতৈস্তথা ॥৬৮॥
ধারয়েদ্দক্ষিণে বাহৌ পুরুষঃ সিদ্ধি কাক্ষয়া ।
যোষিৎবামভুজে ধৃত্বা সর্ব্ব সৌখ্যময়ী ভবেৎ ॥৬৯॥

মী অহুন লক্ষ্মী লৈব পাম্নবদি মান ভোজ পত্রদ গোরোচন অমসুং কংকুম্ন স্তব অসিবু ইরগ, চন্দন, লৈন-চিংবন ভক্তিগ লোইননা পূজা তৌরগ নিপাগী য়েৎথংব পাম্বোমদ অমসুং নুপীগীন ওইগী পাম্বোমদ শিরগ নুংঙাইবা ওই ॥৬৮॥৬৯॥

বিষংনির্বিষ যত্তাং যাতি অগ্নির্যাতিচ শীততাম্ ।
শত্রবোমিত্র ভাংযান্তি স্তবস্যাস্য প্রসাদতঃ ॥৭০॥

স্তব রাজ অসিগী মতীক্রু হুদ-হু য়াওদব মৈন অগ্নি ব অমসুং য়েক্লবশিংদ মরূপ ওইব ফংভি ॥৭০॥

বহুনা কিমিহোক্তেন স্তবস্যাস্য প্রসাদতঃ ।
বৈকুণ্ঠেচ বসেন্নিত্যং বচিম সুরেশ্বরি ॥৭১॥

হে পার্ব্বতী। অসিগী মহাত্ম্য অমসুং থোইদোকপ হায়গে অসিগী থৌজান্দন অরোইব মতমদ বৈকুণ্ঠ ফংলিবনি। চিংনকন লৈত্রব হাফয়ি ॥৭১॥

ইতি শ্রীরুদ্রযামলে শিব গৌরী সম্বাদে বেদ গর্ভ শর্ম্মাকৃত মণিপুরী ভাষা নুবাদাদি অকারাদি ক্ষকারান্তবর্ণ গ্রথিতং লক্ষ্মী স্তোত্রং সমাপ্তম্ ।

মতাং অসিদ শ্রীরুদ্রযামলদ শিবগ গৌরীগ ৱারী শান্নব বেদ গর্ভ শর্ম্মনা মৈতৈলোন্দ হন্দোকপ অঅগী হৌব ক্ষদ লোইব লেংশিনব লক্ষ্মীগী স্তোত্র লোইরে ॥

## কমলা স্তোত্রম্

ওঁ কাররূপিণী দেবি বিশুদ্ধ সত্ত্বরূপিণী ।
দেবানাংজননী ত্বংহি প্রসন্নাভব সুন্দরি ॥১॥

হে লক্ষ্মী দেবি ! ইবেম্মা নংদি 'ওঁ'গী মশক্তি. অশেংব 'সত্ত্ব গুণ'গী মশক্তি, নংদি-লাইশিংগী মমানি । হে ককরবী ! নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ॥১॥

তন্মাএক্কৈব ভূতানি ত্বত্র বক্ষ স্থলংস্মৃতম্ ।
ত্বমেব বেদ গম্যাতু প্রসন্না ভব সুন্দরি ॥২॥

হে ককরবী ! মাত্রা মঙা অমত্তুং মৈ, ঈশিং, নুংশিং, অহাংব, লৈবাক মঙা অসিদ লৈরিব অকুপ্প শরুক ওইব মাত্রাশিং অসি নংগী থবাক্তি, অশেংব বেদন নংগী তত্ত্ববু খঙতি, নংন ঐখোন্দ চানবীয়ু ॥২॥

দেবদানব-গন্ধর্ব্ব-যক্ষ রাক্ষস কিন্নরঃ।
স্তূয়সে ত্বংসদা লক্ষ্মি প্রসন্না ভবসুন্দরি ।৩।

হে লক্ষ্মী দেবি! লাই, হিংচাব গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, দানব কিন্নর পুম্নমক্ক মতম পুম্নমক্ক নংগী স্তুতি তৌরি। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ৩।

. লোকাতীতা দ্বৈতাতীতা সমস্ত ভূতবেষ্টিতা।
বিদ্বজ্জন কীর্ত্তিতাচ প্রসন্না ভব সুন্দরি । ৪।

হে সুন্দরি! কজরবী! নংন লোকদগী বাংমদ লৈবীনি দ্বৈতদগী বাংমদ অমসুং নহাকপু পুম্নমক্ক কোইশিন্দুন লৈ মহৈ-হৈরব মীশিংন মতম পুম্বদ নংগী নগুণবু কীর্ত্তন তৌরি। ইমা! নংন ঐঙোন্দ পেনবীয়ু। ৪।।

পরি পূর্ণা সদা লক্ষ্মি ত্রাতীতু শরণার্থিযু।
বিশ্বাদ্যা বরেণ্যাচ প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।৫।।

হে লক্ষ্মী দেবী। নংন লেংদব মপুং ফাবীনি. নংদি চংজরব জীবশিংগী অরাবদগী কোকপিরিবীনি, সংসারগী অহৌব অমসুং সংসার সেম্বসু তশেংব নংমনি, হে কজরবী। নংন ঐঙোন্দ থৌজালবীয়ু ।৫।

ব্রহ্মরূপাচ সাবিত্রী ত্বৎদীপ্ত্যঃ ভাসতে জগৎ।
বিশ্বরূপা বরেণ্যাচ প্রসন্না ভব সুন্দরি ।৬।।

হে অপোকপী। নংদি 'ব্রহ্ম'গী মশক ওইবীনি, নংদি 'সাবিত্রী'নি, নংগী মঙাল্ডন 'বিশ্ব জগৎ' অসি ঙাল্লিবনি, নংদি সংসারগী মশক ওইবীনি অমসুং হায়বদ মতৌক চাই, হে কজরবী। নংন ঐবু থৌজালবীয়ু।।৬।

ক্ষিতাপ্তেজো মরুৎব্যোম পঞ্চ ভূত স্বরূপিণী।
ব্রহ্মাদেঃ কারণং ত্বংহি প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।৭।।

ইজননি। লৈবাক, ঈশিং, মঙাল. মুংশিং, অমসুং অহাংব, অসি পুম্নমক্কি মশক্কি। ঈশিংনি নংন লৈবাক্কি মনম. ঈশিংগী মহি লাংব, মৈগী মঙাল, মুশিংকী অপোকপ, অমসুং অহাংবগী মখোল পুম্নমক অসি নংনি, নংন পঞ্চভূতকী পুম্নমক্কী গুণগী মরমনি অমসুং নংগী মতীক নগুণ গুণ পুম্নমকপু পুথোক্লিবনি, হে দেবী। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু।।৭।।

মহেশে ত্বংহৈমবতী কমলা কেশবেহ্পিচ।
ব্রহ্মণঃ প্রেয়সী ত্বংহি প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।৮।।

হে দেবী। নং অসি ত্রিশূল পায়ব মহাদেবগী চায়থোইবী 'হৈমাবতী' কৌই, কেশবগীন 'কমলা' কৌই অমম ব্রহ্মাগী চায়থোইবী ব্রহ্মানি' কৌই। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু।৮।।

চণ্ডী দুর্গা কালিকাচ কৌশিকী সিদ্ধিরূপিণী।
যোগিণী যোগ গম্যাচ প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।৯।

হে দেবী। 'চণ্ডী'সু নংনি 'দুর্গা'সু নংনি, কালিকা'সু নংনি, নংদি 'কৌশিকী'নি, নংদি পাংথোকপ পুম্নমক্কী মশক ওইবীনি, 'যোগিনী'সু নংনি তশেংন 'যোগ' তৌরগ নংবু ফংই। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু।৯।।

বাল্যেচ বালিকা ত্বংহি যৌবনে যুবতীতিচ ।
স্থবিরে বৃদ্ধরূপাচ প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।১০ ।

হে দেবি ! নংম অঙাং ওইরিঙৈদ মুপী মচা ওই মথোং কাম্বকপ মতমদ যুবতী' ওই অমসুং অহল ওইরবদ হনুবীগী মশক ওইন ফোংদোকই । হে ফজরবী ! নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ।।১০ ।

গুণময়ী গুণাতীতা আদ্যা বিদ্যা সনাতনী ।
মহত্তত্ত্বাদি যুক্তা প্রসন্না ভব সুন্দরি । ১১।

হে জননি ! নংদি গুণগী মশক ওইবীনি গুণগী ৱাংমদ লৈবীনি, নংন অহানবনি অমসুং 'সনাতনী' অথাং লেংদবনি, নংদি 'মহা তত্ত্ব'নচি বন তিল্লিবীনি হে ফজরবী । নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু । ১১ ।

তপস্বিনী তপঃ সিদ্ধিঃ স্বর্গ সিদ্ধি স্তদর্থিষু ।
চিন্ময়ী প্রকৃতি স্তংতু প্রসন্না ভব সুন্দরি ।১২।।

হে জননি ! নংন তপ তৌবশিংগী তপস্যাবু মপুং ফাহল্লীনি, স্বর্গ পাম্বশিংবু স্বর্গ ফংহল্লীনি নংদি মুংঙাম্বগী মশকনি অমসুং 'মূলপ্রকৃতি'নি, হে ফজরবী ! ঐখোয়দ পেনবীয়ু । ১২।।

ত্বমাদি র্জগতাং দেবি ত্বমেব স্থিতি কারণম্ ।
ত্বমন্তে নিধন স্থানং স্বেচ্ছা চারা ত্বমেবহি ।।১৩।

হে দেবি ! জগৎকি অহাম্ব নংনি, নংন লেংদন লৈবগী কারননি, হকচাংগী অরোইব মতমদ জীবশিংন নংগী নাক্ত চংলি, নংদি চংনিংবদ চংপিনী (নংবু থুক্ত মজরি) নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ।১৩।।

চরা চরাণাং ভুতানাং বহিরন্ত স্ত্বমেবহি ।
ব্যাপ্য ব্যাপক রূপেণ ত্বংভাসি ভক্তব·সলে ।।১৪।।

হে ভক্তবু চানবী দৈবী ! নংন অচং চত্ত জীবশিংগী মন্নুংদ অমস্তুং মপান্দ লৈকম অনীমক্ত ও স্থোইত্নন লৈ. নংন ফো দোকপ-কোংদোক্তদোব মশক ওইন ভাল্লি । নংবু খুরুমজরি ১৪ ।

ত্বন্মায়য়া হৃত জ্ঞানা নষ্টাত্মানো বিচেতস: ।
গতাগতং প্রপদ্যন্তে পাপ পুণ্য বশাৎ সদা ।।১৫।।

হে জননি ! জীবশিংসি নংগী মায়া তন জ্ঞাণবু মা·খি অমস্তুং রাখল রাউদব পুণ্যান থুহ্নম চনখিহ্নন হন্ন-কন্ন অসিগুস্থ সংসার অসিদ পোকপ শিব ওইরি ।১৫

তাবৎ সত্যং জগৎ ভাতি শুক্তিকা রজতং যথা ।
যাবন্ন জ্ঞায়তে জ্ঞানং চেতসা মান্যগামিনী ।১৬।।

প্রমানদি কোংগ্রেংবু অপংবন খংদহ্নন রূপানি হায়ম খনব অমস্তুং খল্লকরগ কোংগ্রে·নি রূপা নত্তে হায়ন অমস্থ অহু খাদোকখিহ্নন অহুগুস্থহ্নন মতম অহুদ জগৎ অসি অরেপ্প অহু খংলকই, খোইদোকপদি নংগী মওং অসি খংলবদ লৈরিব সংসার অসি ওইদবনি মিথ্যা ভাক্তনি হায়ব খংব ভম্মি ।।১৬।

ত্বৎজ্ঞানা স্ত সদা যুক্তঃ পুত্রদারা গৃহাদিষু ।
রমন্তে বিষয়ান্ সর্ব্বানন্তেহু:খপ্রদান্ ধ্রুবন্ ।।১৭ ।

নীন নংগী রাখন্দগী তোপই জগৎ অসি অহুস্থনি হায়ন খন্দুন সংসারগী বিষয়দ ভাওহ্নন লৈ, চিংনব লৈভন্, মচা মাগী হুপী যুম্নচিংবদ লৈখোকপন অরোইবদদি মহাক য়ায় অরাব কংভি ।১৭।।

ত্বদা জ্জয়াতু দেবেশি গগণে সূর্য্য মণ্ডলম্ ।
চন্দ্রশ্চ ভ্র মতে নিত্যং প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।১৮।।

হে দেবেশি। মংগী য়াথংদগী নুমিৎ–থান আকাশগী অকোইবদ খোংচৎ কায়দন লৈরি, নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ।.৮।।

ব্রহ্মেশ বিষ্ণু জননী ব্রহ্মাখ্যা ব্রহ্ম সংশ্রয়া ।
ব্যক্তা ব্যক্তচ দেবেশি প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।১৯।

হে দেবেশি। নংন ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বরবুসু পোকপীনি অর্থাৎ নংতন মখোয় অসি পোকখিবনি। নংন ব্রহ্মা হায়বী অমসুং ব্রহ্মাদ তিল্লি, নংন ফোংদোকই অমসুং নংন অথুপ্প মশক ওইন ডাম্বোইরি। হে সুন্দরি। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ।।১৯।

অচলা সর্ব্বগা ত্বংহি মায়াতীতা মহেশ্বরি ।
শিবাত্মা শাশ্বতা নিত্যা প্রসন্না ভব সুন্দরি ।২০।।

হে দেবি! নংদি লেংদ্রবীনি, নংদি পুম্নমক চংশিনবীনি. মায়াগী রাংমদ লৈবীনি. নংদি শিব মহাদেবগী থবাইনি অমসু' লেংদ্রবীনি হে সুন্দরি! নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ।২০।।

সর্ব্বকায় নিযন্ত্রীচ সর্ব্বভূ তেশ্বরেশ্বরী ।
অনন্তা নিস্কলা ত্বংহি প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।২১।

হে দেবি! নংন পুম্নমক্তি হকচাংদ ডাল্লিবীনি, মং জীব পুম্নমক্তি মবুংঙো অমসুং মবেম্মনি, নংদি অনন্তনি অমসুং মচেৎ তাদবনি। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু।।২১।।

সর্ব্বেশ্বরী সর্ব্ববন্দ্যা অচিন্ত্যা পরমাত্মিকা।
ভুক্তি-মুক্তিপ্রদা ত্বংহি প্রসন্না ভব সুন্দরি ॥-২॥

হে দেবি! নংদি পুন্নমক্কী মবেম্মনি, পুন্নমকু ভক্তিগ লোইনন খুরুমনরি, নংদি থম্বদ লাম্ব ক'ন্দ্রবীনি অমসুং 'পরমাত্মা'গী মশক ওইরিবীনি, নংগী থৌজালতন ভুক্তি মুক্তি ফংনরিবনি। হে সুন্দরি! ঐখোয় পেনবীয়ু॥২২॥

ব্রহ্মাণী ব্রহ্মলোকে ত্বংবৈকুণ্ঠেসর্ব্ব মঙ্গলা।
ইন্দ্রাণী অমরাবত্যামম্বিকা বরুণা লয়ে ॥২৩॥

হে জননি! নং দিব্রহ্মলোক্ত ব্রহ্মাণী' কৌই, বৈকুণ্ঠদন 'সর্ব্বমঙ্গলা' কৌই, অমরাবতীদ 'ইন্দ্রানী' কৌই অমসুং বরুনগী ময়ুমদ 'অম্বিকা'গী মশক ওইবীনি। ন'বু খুরুমজরি ॥২৩॥

যমালয়ে কাল রূপা কুবের ভবনে শুভা
মহানন্দাগ্নি কোণেচ প্রসন্না ভব সুন্দরি ॥ ৪।

নংন 'যম'গী য়ুমদ কাল'গী মশক্কি, 'কুবের'গী য়ুমদ 'শুভদায়িণী' কৌই অমসুং মৈরমদ 'মহা নন্দা'গী মশক ওইবীনি। হে সুন্দরি! নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু। ২৪।।

নৈর্স্বাত্যাংরক্তদন্তা ত্বং বায়ব্যাং মৃগবাহিনী।
পাতালে বৈষ্ণবীরূপা প্রসন্না ভব সুন্দরি। ২৫।

নংন সম্থোংদন 'রক্তদন্তা' কৌই, কৌরুদম 'মৃগবাহিণী' অমসুং 'পাতাল'দ 'বৈষ্ণবী'গী মশক ওইন তাল্লি। হে সুন্দরি! নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু।২৫।।

স্থরসা ত্বংপনি দ্বীপে ঐশান্যাং শূলধারিণী।
ভদ্র কালীচ লঙ্কায়াং প্রসন্না ভব স্থুন্দরি ।.৬।।

হে দেবি। নংন মনিদ্বীপ্তা=জাপান্দ 'স্থরমা' কৌই, চীংখৈদ শূল ধারিনী' কৌই অমস্থুং লঙ্কা কোন্নুংদ 'ভদ্র কালী' ওইন লৈ। হে সুন্দরি! ন'ন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ॥২৬॥

রামেশ্বরী সেতুবন্ধে সিংহলে দেব মোহিনী।
বিমলা ত্বংচ শ্রীক্ষেত্রে প্রসন্না ভব সুন্দরি ।২৭।

হে দেবি! নংন ছেতুবন্ধদ 'রোমেশ্বরী' কৌই, সিংহলদ্বীপ্ত 'দেব মোহিনী' অমস্থুং পুরু ষোত্তমদ 'বিমলা' কৌদুন লৈ। হে স্থুন্দরি। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ।.৭।।

কালিকা ত্বং কালিঘট্টে কামাখ্যা নীলপর্বতে
বিরজা ওড্রদেশেত্বং প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।২৮ ।।

হে লক্ষ্মী দেবি! নংন কালিঘাট্টা 'কালিকা' কৌই, নীল পর্ব্বতদ 'কামাখ্যা' কৌই অমস্থুং উড্র দেশদ তাঙ্খোইদুন লৈবীনি হে সুন্দরি। নংন ঐখোযদ পেনবীয়ু।।২৮।।

বারাণস্যামন্ন পূর্ণা অযোধ্যায়াং মহেশ্বরী।
গয়াস্থরীগয়া ধাম্নি প্রসন্না ভব স্থুন্দরি।।২৯।।

হে জননি। নংন বারানসীদ 'অন্ন পূর্ণা' কৌই, 'অযোধ্যা'দ কোন্নুংদ 'মহেশ্বরী' কৌই অমস্থুং গয়া ধামদ 'গয়াস্থরী'না মশক ওইন তাঙ্খোইরি। হে স্থুন্দরি। ন'ন ঐখোয়দ পেনবীয়ু।।২৯।।

ভদ্র কালী কুরুক্ষেত্রে ত্বঞ্চ কাত্যায়ণীব্রজে।
মাহামায়া দ্বারকায়াং প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।৩০।।

হে দেবি। কুরুক্ষেত্রদ 'ভদ্র কালী' কৌই, ব্রজ ধামদ 'কাত্যায়ণী' অমসুং দ্বারকা পুরদ 'মহা মায়া'গী মশকওইনা ফাম্বোইরি। হে সুন্দরি। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ।।৩০।

ক্ষুধাত্বং সর্ব্বজীবানাং বেলাচ সাগরস্যহি।
মহেশ্বরী মথুরায়াংচ প্রসন্না ভব সুন্দরি। ৩১।।

হে দেবি! নংন জীব পুম্নমক্কী অরাম্ব থংবগী মশক ওইবীনি অমসুং সমুদ্রদ ইথক ওইম লৈ, নংন মথুরা কোন্নুংদ 'মহেশ্বরী'গী মশক ওইনা ফাম্বোইবীনি। হে সুন্দরি। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু।৩১।

রামস্যজানকী ত্বঞ্চ শিবস্য মনমোহিনী।
দক্ষস্যদুহিতা চৈব প্রসন্না ভব সুন্দরি। ৩২।।

হে দেবি। নংদি শ্রীরামচন্দ্রগী 'জানকী'নি অমসুং শিব মহাদেবগীন পুক্নিং হুরিবী দক্ষ প্রজাপতিগী মচানুপীনি। হে সুন্দরি। নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ।।৩২।।

বিষ্ণু ভক্তি প্রদাত্বংচ কংসা সুরবিনাসিনী।
রাবণ নাশিনী চৈব প্রসন্না ভব সুন্দরি ।।৩৩।।

হে জননি। নংন শ্রীবিষ্ণুগী ভক্তি পীরিবীনি, নংন 'কংস'বুসু মাংহনবী অমসুং 'রাবন'বু মাংহল্লিবীনি। হে সুন্দরি! নংন ঐখোয়দ পেনবীয়ু ।৩৩।

লক্ষ্মী স্তোত্রমিদং পুণ্যংযঃ পঠেং ভক্তি সংযুতা।
সর্ব্বজ্বর ভয়ংনশ্যেং সর্ব্ব ব্যাধি নিবারণম্। ৩৪॥

মী অহুন ভক্তিগ লোইনন পাঠ তৌরবদি লাইথুং পুন্নমক কোকই অসিগুম্ব লক্ষ্মীগী স্তোত্রবু পাঠ তৌবন লাইনা কোকই, করিগুম্ব মখলগী লাইহৌগী অকিবা লৈরোই।৩৪॥

ইদং স্তোত্রং মহা পুণ্যমাপ দুঃখারকারণম্।
ত্রিসন্ধ্যমেক সন্ধ্যাংবাযঃ পঠেত্তত নরঃ।৩৫॥
মুচ্যতে সর্ব্ব পাপেভ্যো তথাতু সর্ব্ব সঙ্কটাৎ।
মুচ্যতে নাত্র সন্দেহো ভুবি স্বর্গেরসাতলে। ৩৬॥

স্তোত্র অসি পাঠ তৌবন অশেংব অমস্তং অরংবা কোকপগী মরম ওই মীন সন্ধ্যা অহুমদ ওইরবস্থ অমুক্তং ওইরবস্থ পাঠ তৌব, মহাক্ত পাপ পুন্নক কোকই স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতালনচিংবদা করিংস্বদ করিগুম্ব মওংগী চিংনব লৈরোই অসিদ চিংননীংঙায় লৈতে। ৩৫। ৩৬॥

সমস্তংচ তথা চৈকংযঃ পঠেংভক্তি তৎপরঃ।
সসর্ব্ব দুষ্করং তীর্ত্বা লভতে পরাংগতিম্ ॥৩৭॥

মী অহুন ভক্তি তৌন পুক্নিং চংন স্তোত্র অসি মপুং ওইন অমদি স্তোত্র অসিবু পাবদ মহাক্ত পাপ পুন্নমক কোকপ চিংনব লৈতন অথোইব লক্ষ্মী কংভি॥৩৭॥

সুখদং মোক্ষদং স্তোত্রংযঃ পঠেৎভক্তিঃ সংযুতঃ।
সতুকোটি তীর্থফ লংপ্রাপ্নোতি নাত্রসংশয়ঃ।৩৮॥

মীন ভক্তি তৌরবদ মুংঙায়ব অমস্তুং অরান্-খুবম্ পীব লক্ষ্মীগী স্তোত্রনি অসিঘু পাঠ তৌবদ তীর্থ লিশিং তরাগী মহৈ ফংঙি, অসিদ চিংননীঙায় লৈতে।৩৮॥

একা দেবীতু কমলা যস্মিংস্তুষ্টা ভবেৎসদা।
তস্যা সাধ্যংতুদেবেশি নাস্তি কিংচিৎজগৎত্রয়ে।৩৯॥

হে দেবেশি! অমত ঙায়রবী লক্ষ্মীন মাঘু পেল্লব দ, মান মরোন অহুমদ পাংথোকপ ঙমদব লৈতে॥৩৯॥

পঠ নাদপি স্তোত্র স্যংকংনসিদ্ধ্যতি ভুতলে।
তস্মাৎ স্তোত্রবরং প্রোক্তং সত্যংসত্যংহি পার্ব্বতি॥৪০॥

হে পার্ব্বতি। ঐন চয় হায়রিবনি। অহুদি:—পৃথিবী অসিদ মায়ব অসিঙম অমত লৈত্রে, মী অহুন স্তোত্র অসি পাঠ তৌবম পাংথোক্তব লৈতে, মরম অসিমক স্তবরাজনি হায়প্রবনি॥৪০।

ইতি শ্রীলক্ষ্মী স্তোত্রং সমাপ্তম্॥
মতাং অসিদ শ্রীলক্ষ্মীগী স্তোত্র লোইরে॥

———

## লক্ষ্মী-কবচম্

লক্ষ্মী মেচাগ্রত: পাতু কমলা পাতু পৃষ্টত: ।
নারায়ণী শীর্ষদেশে সর্ব্বাঙ্গে শ্রীস্বরূপিনী ॥১॥

শ্রীলক্ষ্মীন ঐগী মাংদ 'শ্রীকমলা' কৌবিন নজন্দ ঙাকপিসনু । 'শ্রীনারায়নী'ন কোক অমসুং 'শ্রীস্বরূপিনী'ন ঐগী হকচাং পুম্নমক ঙাকপিসনু ।।১॥

রামপত্নীতু প্রত্যঙ্গে রামেশ্বরী সদাবতু ।
বিশালাক্ষী যোগমায়া কৌমারী চক্রিণী তথা ॥২।
জয়দাত্রী ধনদাত্রী পাশাক্ষ মালিনী শুভা ।
হরিপ্রিয়া হরিরামা জয়ংকরী মহোদরী ॥৩॥
কৃষ্ণ পরায়ণা দেবী শ্রীকৃষ্ণ মন মোহিনী ।
জয়ঙ্করী মহারৌদ্রী সিদ্ধি দাত্রী শুভঙ্করী ।৪॥
সুখদা মোক্ষদা দেবী চিত্রকুট নিবাসিনী ।
ভয়ং হরতু ভক্তানাং ভব বন্ধং বিমুঞ্চতু ॥৫॥

শ্রীরামগী লোইনবী 'রামেশ্বরী'নি, অহুঙবী 'বিশালাক্ষী' ওইবী 'যোগ মায়া'ন ঐগী হকচাংগী কায়াৎ থুদিংমক্তা জয় পিরিবীনি অমসুং 'পাশ মালিনী'নি । নহাক কল্যানীনি, হরিগী চাম্নবীনি, হরিবু নুংঙাইহনবীনি, জয় পিবীনি অথোইবী দেবীনি, কৃষ্ণ নীংবীনি, শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিং হুবীনি, নংদি য়াম্ন অকিবগী মশকনি, সিদ্ধি পিবীনি, অকব ত্তৌবীনি. মহাক্না

মুংঙায়ব অমসুং অয়ান থুবম পিথীনি, মহাক্ল 'চিত্রকুট'। লৈবীনি অসিনচিংব মিংশিং অসি ওইরিবীমি। অহুংস্ব ঙমত্রব লৈত্রবী লক্ষ্মী দেবীন মনাই ওইব ভক্তশিংগী অকিব লৈহন্দন মতম পুম্নমক্ত ঙাকপিসনু ঐখোয়বু সংসারগী অপুনব অসি থদংপিয়ু ॥১।ঃ॥'॥২॥

কবচং তস্মহা পুণ্যং যঃ পঠেৎ ভক্তি সংযুতঃ।
ত্রি সন্ধ্যং এক সন্ধ্যংবা মুচ্যতে সর্ব্ব সঙ্কটাৎ ॥৬॥

মী অহুন ভক্তি তৌন মুমিং থুদিংগী অহুম্নক চম্ন ওইরবনু নত্রগ অমুক্তং ওইরবসু পাঠ তৌরবদি শেংগ্রব লক্ষ্মী কবচ পাঠ তৌবন চিংনব পুম্নমকপু কোকই ॥৬।

কবচস্যাস্য পঠনং ধন-পুত্র বিবর্দ্ধনম্।
ভীতি বিনাশনং চৈবত্রিষু লোকেষু কীর্ত্তিতম্ ॥৭॥

অসিগুম্ব কবচগী পাঠ তৌবদ মচা অমসুং লম্নচিংব চাউথৎপ ওই অকিব পুম্নমক কোকই অসিগী মতীক মগুমা মরোল অহুম্ ফাউরিবনি ॥৭॥

ভুর্জ্জপত্রে সমালিখ্য রোচনা কুঙ্কুমেনতু।
ধারণাৎ গল দেশেচ সর্ব্ব সিদ্ধি ভবিষ্যতি ॥৮।

ভুর্জ্জ পত্রদ নিংথিন গোরোচন অমসুং কুঙ্কুমা ইয়গ ঙাক্ল শিরবদ অপায় পুম্নমক কংডি ॥৮।

অপুত্রা লভতে পুত্রং ধনার্থী লভতে ধনম্।
মোক্ষার্থী মোক্ষ মাপ্নোতি কবচ স্যাস্য প্রসাদতঃ ॥৯॥

অসিগুম্ব কবচ অসিগী থৌজম্ন মচা পোক্তবন মচা কংঙি। লন্ কংঙি, অয়ান্ খুবম পাম্বনচিংনব লৈতন অয়ান্ খুবম কংঙি ॥৯॥

গর্ভিণী লভতে পুত্রং বন্ধ্যাচ গর্ভিনী ভবেৎ।
ধারয়েৎযদি গণ্ঠেচ অথবা বাম বাহুকে ॥১০॥

মুপীন ভক্ত অমম্বুং ওইগী পাম্বোমদ অসিগুম্ব কবচ অসিবু নিয়ম চুম্ন শিরবদি মীয়োনবী মুপী অচু অকব মচা কংঙি অমম্বুং অধুংবী মুপীম্বু মীয়োনবী ওই ॥১০॥

যঃ পঠেৎ নিয়তো ভক্ত্যা সত্রব বিষ্ণুবৎ ভবেৎ।
মৃত্যু-ব্যাধি-ভয়ং তস্যনাস্তি কিঞ্চিৎ মহীতলে ॥১১॥

মী অচুন চুম্ন অমম্বুং ভক্তিগ লোইনন কবচ অসি পাঠ তৌরব মহাক অচু বিষ্ণুগ মান্নৈ। সংসায়দ মহাক শিব অমদি লাইনাগী অকিব লৈত্রে ॥১১॥

পঠেৎবা পাঠ য়েৎবাপি শৃণুয়াৎ শ্রাবয়েদপি।
সর্ব্ব পাপ বিমুক্তস্থ লভতে পরমাং গতিম্। ১২॥

মী অচুন কবচ অসি পাঠ তৌব অমদি তম্বীব, নত্রগ মশামক্ত তাব অমদি অতোপ্পবু অহেনব, মহাক পাপ পুম্ব কোত্রগ অথোইব লম্বী কংঙি ॥১২॥

সঙ্কটে বিপদে ঘোরে তথাচ গহ্বণে বনে।
রাজদ্বারেচ নৌকায়াং তথাচ রণমধ্যতঃ।
পঠনাদ্ধারদস্য জয়মাপ্নোতি নিশ্চিতম্ ॥১৩॥

চিংনফম ওইব মফমদ খোইদোক্ত অরাব থুদোংথিবদ' শুরব উমংদ, নিংথৌগী থোং য়োরবদ ফিগী লম্বাদ লান্ তৌফমদ মফমশিং অসিদ কবচ অসি পাঠ তৌবন অমদি ধারন তৌবন জয় ওই ॥১৩॥

অপুত্র'চ তথা বন্ধ্যা ত্রিপক্ষং শৃণুয়াৎযদি।
সুপুত্রং লভতে সাতুনী দীর্ঘাযুষ্কং যশ স্বনম্ ॥১৪॥

অখুংবী নুপী অমন মাগী মচা অমত লৈতবী মানথা মথায় অহুমদং কবচ অসিবু তারবদি অহুদ য়ায় পুন্‌শিব, য়ায় মমিং চংপ অকব মচা পোকই, অসি চিংনফম লৈতে ॥১৪॥

শৃণুয়াত্তঃ শুদ্ধ বুদ্ধ্যা দ্বৌমাসৌ বিপ্রবক্ত্রতঃ।
সর্ব্বা কামানবা প্নোতি সর্ব্ববন্ধাৎবি মুচ্যতে ॥১৫॥

পূকচেল শেংব মীন থা অনীদং ব্রাহ্মনগী মুখদগী কবচ অসিবু তারবদি, মাগী নীংব পুম্নমক পাংথোকপ ঙম্মি, মান মওং পুম্নমক্ত সংসারগী বন্ধন পুম্নমক কোকই ॥১৫॥

মৃতবৎসা জীববৎসা ত্রিমাসং শ্রবণ যদি।
রোগী রোগাৎ বিমুচ্যতে পঠনাৎ মাস মধ্যতঃ ॥১৬॥

মচা পোক্লগ শিব অহু তৌদে শিদে মানথা অহুমদং কবচ অসিবু শিরবদি ভক্তি লৈরবদি মচা হিংব ওই অর্থাৎ মাগী মচা অহু হিংগনি। অনাব মীন্থু পাঠ তৌবন থা অমগী মন্নুংদ অনাব অহু ফগদি ॥১৬॥

লিখিত্বা ভূর্জ্জপত্রেচ অথবা তাম্র পত্রকে।
স্থাপয়েৎ নিয়তং গেহে নাগ্নি চৌর ভয়ংক্বচিৎ ॥১৭।

মী অহুন ভুর্জ্জ পত্রদ নত্রগ কোনা মনাদ কবচ অসি ইরগ য়ুমদ থম্ন, য়ুম অদুদ অমদি মৈচাক্তে হুরানবনচি বগী অকিব লৈত্রে॥১৭।

শৃণুয়াৎ ধারয়েৎ বাপি পঠেয়েদপি ।
যঃ পুমান্ সততং তস্মিন্ প্রসন্নাঃ সর্ব্ব দেবতাঃ ।১৮॥

মী অমুন মুখিং খুদিংগী কবচ অসিবু তারব, অমদি পাঠ তৌরব, অতোপ্পবু তস্সীরব মী অদুন কবচ অসিবু ধারন তৌরব, মী অদুদ লাই পুম্নমক্ক পেল্লি॥১৮।

বহুনা কিমিহোক্তেন সর্ব্ব জীবে শ্বরে শ্বরী।
আদ্যা শক্তিঃ সদা লক্ষ্মী র্ভক্তা মুগ্রহ কারিণী॥
ধারকে পাঠকে চৈবনিশ্চলা বিসেৎ ধ্রুবম্।১৯॥

য়াম্ন করি হায়নীংঙায় লৈ অসি কাউব ঐন হায়রবনি, মী অদু কবচ অসিবু পাঠ তৌরব, অমদি ধারম তৌরবদ জীব পুম্নমকী নীংন-নীংঙায় ওইবী লক্ষ্মীন, ভক্তশিংগী মফমদ থৌজালবী 'আদ্যা শক্তি' ওইবী লক্ষ্মীন মী অদুগী মফমদ লেংদন লৈ, অসিদ চিংনকম লৈতে।১৯॥

ইতি তন্ত্রোক্ত লক্ষ্মী কবচং সমাপ্তম্।
মতাং অসিদ তন্ত্রন হায়ব লক্ষ্মীগী কবচ লোইরে।

---

## কমলা প্রীতি সাধনম্

মানসে সারসে রম্যে নানা মুনি সমাবৃতে ।
প্রজাপতি সমাসীনং নারদো বাক্যমব্রবীৎ ॥১॥

মতম অমদ মুনি ঋষি ময়ামগ লোইনন 'মানস সরোবর' কৌব পুক্লিং হুরব আশ্রম অদুদ প্রজাপতি ওইব ব্রহ্মান ফুংগায়ন ফাম্তোইরম্মী। মতাং অ'সদ তাঞ্জা ফংলদুন নারদন হায়খি ॥১॥

## নারদ উবাচ

ভোভো দেব মহাভাগ সর্ব্বলোক পিতামহ ।
কমলা সাধনং পুণ্যং বক্তুমর্হসি তত্ত্বতঃ ॥২॥

শ্রীনারদন হায়খি - হে দেব! মহাভাগ! মংদি লোক পুম্নমক্কী পিতামহনি, ঐন শেংলবা 'কমলা'গী সাধনা অদু তাকনীংঙি, করম্ব থবক তৌরগ মীওইবন লক্ষ্মীবু ফেলহনব ঙমগনি, অদু শব্দোক্ত তাকপীয়ু ॥২।

কেনো পায়েন ভোদেব নরোদুঃ খহরো ভবেৎ।
কেনো পায়েন ভোব্রহ্মন্ চঞ্চলা অচলা গৃহে ।৩।

হে দেব! ব্রহ্মন্! করি তৌরগ মীওইবন অবাবদগী কোকপ ঙমগদগে? করি তৌরগ পুক্লিং মাংলহী লক্ষ্মীন লেংদন যুমদ লৈগদগে ॥৩॥

## ব্রহ্মোবাচ

সাধু পৃষ্টং মহাভাগ মুনি পুঙ্গব নারদ।
পরিতুষ্টোঽসিসতে বৎস বক্ষ্যামিযৎ ত্বেপ্সিতম্ ॥৪।

ব্রহ্মান হায়খি—মুনি পুম্নমক্তগী অথোইব নারদ ইবুংঙো। নংন য়াম্ন থোইথোক্লব মরুম অম হংলি, নংগী য়াহং অসি তারগ ঐ পেন্নে। নংন অহুবু তানিংলব'দ ঐন অহুগী মরূম চায়রগে তারো ॥৪॥

পুত্রজন্মনি যোগেচ রবি সংক্রমনে তথা।
চন্দ্র সূর্য্যগ্রহে চৈবযঃ স্নাতি সচ লক্ষ্মীভাক্ ॥৫॥

মচা পোকপা মতমদ, যোগগী মতমদ, সূর্য্যগী সাক্রান্তিগী মতমদ অমস্তুং মুমিং-থাগী গ্রহ তৌবগী মতমদ মীন ইরুজব, লক্ষ্মীন লৈ ॥৫॥

নিত্য মুষসি সন্ধ্যায়াং তথাচ ভাস্করোদযে।
অশুচি স্পর্শনে চৈবযঃ স্নাতি সচ লক্ষ্মীভাক্ ।৬॥

মী অমুন মুমিং থুদিংগী অয়ুক, সন্ধ্যাগী মতমদ অমস্তুং মুমিংন থোরকপগী মতমদ ইরুজব, অমাংব পোৎ শোক-লুরবস্ মী অমুন মতম অমুদ ঈশিংদ লুপ্তুন ইরুজব মহাক লন্ লৈব ওই ।৬।

মাঘে মাসি হবিষ্যাশী তথা সংযত মানসঃ।
মৌনী ভুত্বা উষঃ কালেখঃ স্নাতিসচ লক্ষ্মী ভাক্ ॥৭॥

মী অহুন পুক্লিং লাকশিন্দুন অমম্তুং রা ঙাংদন শঙ্গোম খো'ব চাক চারগ রাকচীং থাদ মুমিৎ থুদিংমী ইরুজব মহাক লন্ লৈ ॥৭॥

গয়ায়াঞ্চ কুরুক্ষেত্রে তথা বারাণসীপুরে।
সাগর সঙ্গ মে চৈবখঃ স্নাতি সচ লক্ষ্মী ভাক্ ॥৮॥

মী অহুন গয়াদ, কুরুক্ষেত্রদ, বারানসীদ অমদি গঙ্গাগ সমুদ্রগ তিন্নবমদ ইরুজব মহাক লন্ লৈ ॥৮॥

একাদশ্যা মামলকীং বিষ্ণবেষঃ প্রযচ্ছতি।
আমলকীজলে চৈবযঃ স্নাতি সচ লক্ষ্মীভাক্ ॥৯॥

মী অহুন একাদশী মুমিত্ত শ্রীবিষ্ণুদ হৈক্রু কৎপ অমদি হৈক্রু যচুমগী ঈশিংদ ইরুজব মী অহুন লন্ লৈ ॥৯॥

অমাবস্যাং তথা ষষ্ট্যাং নবম্যাং প্রতিপত্তপি।
বর্জ্জয়েৎদন্ত কাষ্টং তৎযদি শ্রীমভি কাংক্ষতি ॥১০॥

মী অহুন লন্ লৈনিংলবদি, মান থাসিদ তরুক্তি পাগ্ন মাপন্নি অমম্তুং নো'ম পান্নদ যাথিন্ চৈ থাদোকনি ॥১০॥

জ্যেষ্ঠে মাসি শুক্র পক্ষে তথাচ দশমীতিথৌ।
গঙ্গা তোয়েচ হস্তর্ক্ষে যঃ স্নাতিসচ লক্ষ্মীভাক্ ॥১ ॥

মী অহুন কালেন থাগী পানৎলকপ তরানি পানব হস্তা নক্ষত্রনম্মু পানবদ গঙ্গাদ ইরুজব, মী অহু লন্ লৈ ॥১১॥

বিরুদ্ধাচরণং হিংসাং পরদারোপ সেবনম্ ।
পারুষ্যান্ত পৈশুন্যম সম্বাদ্ধাভি ভাষণম্ ॥১২॥
পরদ্রব্যাভি ধ্যানঞ্চ মনসা নিষ্ট চিন্তনম্ ।
এতৎ সর্ব্ব বর্জ্জয়েৎযে সক্ষবেৎ কমলা প্রিয়ঃ ॥১৩॥

থৎনব পাস্ব, জীব হাৎপ, মীগী দুপী ঙাংনব, খোল কনব ঙাংব, অরানব থবক তৌব, মীবু থিন হায়ব, শম্নদব বা ঙাংব, মীগী মপোং পাস্ব, পুক্লিং লুংঙায়তবদ থনব অসিন-চিংব মী অতুন থাদোক্ন অসিবু তৌরবনি লক্ষ্মীগী লুংশব মফম ওই ॥১২॥১৩॥

ব্রাহ্মে মূহূর্ত্তে চোৎথায় ধর্ম্মার্থৌ চানুচিন্তয়েৎ ।
প্রাত সন্ধ্যা মুপা সীতদন্ত ধাবন পূর্ব্বিকাম্ ॥১॥

মী অতুন লন্ নৈনিংলবদি. মান ব্রাহ্মমুহূর্ত্ত (নুমিৎন খোরক্লুদোব দণ্ড মরি বাংলিচৈদ হৌগৎলগ) ধর্ম্ম অমসুং লনবু বাখল তৌগনি, মাথিল্লগ অযুক্কী মতমদ সন্ধ্যা উপাসনা তৌগনি ॥১৪ ।

উভে মূত্র-পুরীষেচ দিবা কুর্য্যাৎ উদঙমুখেঃ ।
রাত্রৌচ দক্ষিনে কুর্য্যাৎ উভে সন্ধ্যেযথা দিবা ॥১৫॥

নুংথিন্দন মায় অবাং ওনব অমসুং অহিংদ মায় মথা ওন্দুন ঈশিং চৎপ, থি কাইগনি । সন্ধ্যা অনীমক্তম্বু নুংথিলগ মাম্নগনি, নুংথিলদ অমসুং অহিংদ মীরুমদ অমসুং অমম্বদ থি, যুং থাদোকফদে ॥১৫॥

গোময়াঙ্গার বল্মীক হলাকৃ ষ্টেজলেশুচৌ।
মার্গ নত্যজেয়ু মূত্র প্রাপিপুরীষকম্ । ১৬।

য়ুমদ লক্ষ্মী লৈহন্নীংলবদি সম্থি, মৈতাল, লৈশোবুং, লাঙ্গোম্ন খোইদোকপ লৌবুক্ত অশেংব ঈশিংদ অমনব লর্ম্ব দ ঈশিং অমস্তুং অমাংব তৌফদে ॥১৬।

অন্তর্জলাৎ দেবগৃহাৎ বল্মীকাৎ মূষিক স্থলাৎ।
পরেযাং শৌচ শিষ্টাশ্চ শ্মশানাৎ মৃদংত্যজেৎ। ১৭।

অমাংব শেংদব ঈশিং মন্দুগী লৈবাক লৈশৌগী লৈবাক উচিন পৈখংপ লৈবাক, অমস্তুং মোংকমগী লৈবাক নোইরোক্ত-দবনি অমস্তুং অতোপ্প মীগী অমাংব শিঙ্কস্থ নকমগী লৈবাক মথক্ত হায়শ্রিব অসি পুম্নমক শিজিন্নরোইদবনি। ১৭।

একাং লিঙ্গে মৃদংদদ্যাৎ বাম হস্তে মৃদদ্বয়ম্।
উভয়োর্দ্ধ্বে দাতব্যো যদি শ্রীমভি কাংক্ষতি ॥১৮।

লক্ষ্মীবু শেংদম লৈহননীংলবদি, অদুদি— ঈশিং চংপদ ঈশিং থোংদ অমুক্তং য়েংকী থুত্তা অনীরক অমস্তুং ওইগী থুত্তা অনীরক অমস্তুং থুং অনীদ অনীরক লৈবাক নোইগনি অদুন শেংব ওইগনি॥১৭॥

বিনা কারর্ণম থয্য স্নায়াঞ্চ পুনঃ পুনঃ।
নোদ্বর্ত্তন স্নানাস্তেচ যদি শ্রীমভি কাংক্ষতি ॥১৯।

মী অদুন লক্ষ্মী ঐবু লৈব পাম্নবদি স্নান করিশুন্দ চন্ন-চন্ন ইরুজরোইদবনি অমস্তুং ইরুজরগ থাও তৈবস্তু হৌনদে॥১৯।

সত্যংব্রুয়াৎ প্রিয়ংব্রুয়াৎ নকুর্য্যাৎ মর্ম্ম পীড়কম্ ।
পৈশুণ্য ঞ্চত্যজেৎ সোঽপিযদি শ্রীমভি কাংক্ষতি ॥২০॥

অচুম্ব ঙাংব মুংশিব হায়ব পুক্লিং নাবা হায়বোইদবনি মীবু খিনা হায়ব থাদোকদোবনি ॥২০

## লক্ষ্মী স্তোত্রম্
## ঈশ্বর উবাচ

ত্রৈলোক্য পুজিতে দেবি কমলে বিষ্ণুবল্লভে ।
যথাত্বং সুস্থিরা কৃষ্ণে তথা ভব ময়ি স্থিরা ॥১।

ঈশ্বরন হায়খি— হে দেবী। লক্ষ্মী নংদি মরোল অহুম্ন পুজা তৌরিবীনি। বিষ্ণুগী চান্নথোইবী। ন ন শ্রীকৃষ্ণদ মঙং অচুগুম্ন লৈ। অচুম্ন ঐগোন্দ লেংদন লৈবীয়ু ॥১॥

ঈশ্বরী কমলা লক্ষ্মীশ্চলা ভুতি হরি প্রিয়া ।
পদ্মা পদ্মা লয়া সম্পদুচ্চৈঃ শ্রীঃ পদ্মা ধারিণী ॥২॥

নংদি ঈশ্বরী, কমলা, লক্ষ্মী, চলা, ভুতি, হরি প্রিয়া, পদ্মা, পদ্মা লয়া, সম্পৎ, উচ্চ, শ্রীঃ, পদ্ম ধারিনী ॥২॥

দ্বাদ শৈতানি নামানি লক্ষ্মীং সম্পুজ্জ্যযঃ পঠেৎ ।
স্থিরা লক্ষ্মীর্ভবেত্তস্য পুত্র দারাদিভিঃ সহ ॥৩॥

মী অমুন লক্ষ্মীগী পুজা তৌব মতমদ নাম তরানিথোইনিবু শোল্লবদি লক্ষ্মী দেবীন মাগী মকমদ লেংদন লৈ অমন মাগী মচা মগু মথং মথং চাউখৎপ কংভি ॥৩॥

ইতি বিশ্ব সার তন্ত্রোক্তং লক্ষ্মী স্তোত্রম্ সমাপ্তম্ ।
মতাং অসিদ বিশ্বসার তন্ত্রদ হায়খিব লক্ষ্মীগী স্তোত্র লোইরে ।

## লক্ষ্মী কবচ প্রারম্ভ
### শ্রীঈশ্বর উবাচ

অথবক্ষ্যে মহেশানি কবচং সর্ব্ব কামদম্ ।
যস্য বিজ্ঞান মাত্রেন ভবেৎ সাক্ষাৎ সদাশিবঃ ॥১॥

শ্রীঈশ্বরন হায়খি— হে মহেশানি! হৌজিক পোৎ পুম্নমকপু পিব শ্রীলক্ষ্মীগী কবচবু হায়রগে, কবচ অসিবু হেক খংবদ শিব মহাদেবগ লোইনব (তশেংবসদা শিব)বু ফংঙি ।১।।

নার্চ্চনং তস্য দেবেশি মন্ত্র মাত্রং জপেন্নরঃ ।
সভবেৎ পার্ব্বতী পুত্রঃ সর্ব্ব শাস্ত্রেষু পারগঃ ২'।

হে দেবেশি! কবচ অসিগী পূজা তৌদন মন্ত্রদং তশেংনা জপ তৌবদ দুর্গাগী মচামক মায়গনি শাস্ত্র পুম্নমকস্তু ঙংবা ওমগনি ।।২।

বিদ্যার্থিনা সদা সেব্যা বিশেষে বিষ্ণুবল্লভা ।।৩।

মহৈ মহ্লিব ছাত্রন লাইরিক হৈগণীংলবদি ছাত্র অদুন য়াম্ন চেকশিন্ন শ্রীবিষ্ণুগী চান্নরবী লক্ষ্মীবু নীংবা হায়বসি তৌগদৌবনি ।।৩।

ওঁ অস্যা শ্চতুরক্ষরি বিষ্ণুবনি তাক্ত পায়াঃ কবচস্য
শ্রীভবাম্ শিব ঋষিরনুষ্টুপ্ ছন্দো বাগ্ভবী দেবতা
বাগ্ ভবংবীজং লজ্জা শক্তীরমা কীঃ ক' কাম

বীজাত্মকং কবচং মম সুপাণ্ডিত্য কবিত্ব সৰ্ব্ব সিদ্ধি
সমৃদ্ধসে জপেবিনি যোগঃ ।।৪।।

অসিগুম্ব ময়েক মরিদং ওইব শ্রীবিষ্ণুগী চান্নবী লক্ষ্মী দেবীগী কওচদা শ্রীভগবান শিবন ঋষিনি, অনুষ্টুপ্প ছন্দনি বাগ্ভবীন দেবতানি, বাগভবন বীজনি, লজ্জান শক্তিনি রমান চুকনি কামবীজগী মশক ওইব কবচবু অকব পণ্ডিত ওইব কবি অমসুং সিদ্ধিবু চাউখৎপ ওইনবগী জপ অসিবু বিনি যোগ তৌরি। হায়রন থুত্তা ঈশিং লৈবাক্ত হৈদোকনি ৪।

ঐঁকারী মস্তকে পাতু বাগভবী সৰ্ব্ব সিদ্ধিদা।
হ্রীংপাতু চক্ষু যোর্মধ্যেচ ক্ষুর্যুগ্মেচ শাঙ্করী ।।৫।।

ঐং অসিন ঐগী কোক্ত ঙাকসনু অমসুং মপুং ফানা থবক পাংথোকহনব ঙমহনবী 'বাগভবী' কৌবীন ঐগী মিং অনীগী মরক্ত ঙাকপীসনু 'শাঙ্করী' কৌবীন ঐগী মিং অনীদ ঙাকপীয়ু ।।৫।

জিহ্বায়াং মুখবৃত্তেচ কর্ণয়োর্গণ্ডয়োর্নসি।
ওষ্ঠাধরেদন্তপংক্তৌ তালুলে হনৌ পুনঃ ।
পাতুমাং বিষ্ণুবনিতা লক্ষ্মীঃ শ্রীবর্ণরূপিণী ।।৬।

ময়েক্তৌ মশক ওইবী বিষ্ণুগী লোইনবী লক্ষ্মীন ঐখোয়গী লৈয়েং, মায়গী অকোইব, নাকোং অনী, নাতোন অনী, চিনবন, চিনবান মথা, য়াগী পরেং, ঙৌগী মরু, খদাংন চিংব মঙমশিং অসিবু ঙাকপীসনু ।৬।।

কর্ণ যুগেম ভুজদ্বন্দ্বে স্তনদ্বন্দ্বেচ পার্ব্বতি ।
হৃদয়ে মনি বন্ধেচ গ্রীবায়াং পার্শ্বয়ো: পুনঃ
সর্ব্বাঙ্গে পাতু কামেশী মহাদেবী সমুন্নতি । ৭ ।

'পার্ব্বাত্তী' কৌবী লক্ষ্মী'ন ঐখোয়গী নাকোং অনী, পাম্গোম অনী খোম অনী, থমোয়, খোরিগী অকুৎপ, থবাক মফমশিং অ'সি পার্ব্বতীন ঙাকপিসনু 'কামেশী' মৌবী মহাদেবীন অমসুং 'সমুৎনতি' কৌবীন ঐখোয়গী হকচাং পুম্বদ ঙাকপিসনু ।।৭।।

বুষ্টিঃ পাতু মহামায়ঃ উৎকৃষ্টি সর্ব্বদাবতু ।
সন্ধি পাতু সদা দেবী সব্বত্র শম্ভুবল্লভ ।৮ ।

'বুষ্টী' (অথোইবী) কৌবীন, 'মহমায়া' অমসুং উৎকৃষ্টী (অহেনবী) কৌবীন ঐখোয়গী মতম পুম্নমক্ত ঙাকপিলনু, মহাদেবগা চান্নবী দেবীন মতম পুম্বদ ঐখোয়গী তাং-তাং থুদিংদ ঙাকপিসনু ।৮ ।

বাগভবী সর্ব্বদা পাতু পাতু মাং হরি গেহিণী ।
রমা পাতু সদা দেবী পাতু মায়া স্বরাট্ স্বয়ম্ ।৯।

'বাগবী'ন মতম পুম্বদ ঙাকপিসনু হরি গেহিণীন ঐবু ঙাকপিসনু অতৎপ লৈতন অমসুং 'রমা' অমসুং 'মায়া'ন, মত্তোমদ ঙানবীন, মতম পুম্বদ ঙাকপ ওইবীয়ু ।৯।।

সর্ব্বাঙ্গে পাতুমাং লক্ষ্মী বিষ্ণু মায়া সুরেশ্বরী।
বিজয়া পাতু ভবনে জয়া পাতু সদা মম ॥১০॥

শ্রীবিষ্ণুগী 'মায়া' কৌবা লাইগী মথেম্ম লক্ষ্মীন ঐখোয় হকচাং পুম্নমক্ত ঙাকপিসনু, 'বিজয়া' কৌবীন ঐগী য়ুমদ মতম পুম্বদ ঙাকপগী থবক্ত লৈব অমসুং 'জয়া' কৌবীন ঐখোয়বু ঙাকপিগনি ॥১০ ।

শিবদূতী সদা পাতু সুন্দরী পাতু সর্ব্বদা।
ভৈরবী পাতু সর্ব্বত্রঃ ভৈরুণ্ডা সর্ব্বদাবতু ॥১১॥

'শিবদূতী' কৌবীন, মতম পুম্নমক্ত 'সুন্দরী' কৌবীন ঙাকপিয়ু. 'ভৈরবী' অমসুং 'ভৈরুণ্ডা'ন মফম পুম্নমক্ত মতম লৈবখিবিক্ত ঐবু ঙাকপিসনু ॥১১॥

ত্বরিতা পাতু মাংনিত্যমুগ্রতারা সদাবতু।
পাতু মাং কালিকা নিত্যকালরাত্রিঃ সদাবতু ॥১২॥

ত্বরিতঃ, উগ্রতারা, কালিকা অমসুং কালরাত্রি কৌবীন মুমিৎ খুদিংগী মতম পুম্নমক্ত ঐবু ঙাকপিয়ু ॥১২॥

নবদুর্গা সদা পাতু কামাখ্যা সর্ব্বদাবতু।
যোগিণ্যাঃ সর্ব্বদা পাত্তু মুদ্রাঃ পাস্তু সদাখম ॥১৩॥

নবদুর্গা, কামাখ্যা অমসুং গোগিণীশিংন মহামুদ্রাশিংগ লোইনন ঐবু ঙাকপিয়ু ॥১৩॥

মাতরঃ পান্তু দেব্যশ্চ চক্রস্থা যোগিণীগণাঃ।
সর্ব্বত্র সর্ব্ব কার্য্যেষু সর্ব্ব কর্ম্মসু সর্ব্বদা।
পাতুমাং দেব দেবীচ লক্ষ্মীঃ সর্ব্ব সমৃদ্ধিদা।১৪॥

মাতৃশিংন, চক্র পায়বী যোগিণীশিংন অমসুং মপুংফাদ চাউখৎপ পিব়বী লক্ষ্মীন মতম পুম্বদ ঐবু ঙাকপিয়ু।১৪॥

ইতিতে কথিতং দিব্যং কবচং সর্ব্ব সিদ্ধয়ে।
যত্র তত্র নবক্তব্যং যদীচ্ছেদা ত্মনোহিতম্॥১৫।

ঐন নংঙোন্দ পুম্নমক্কী কান্নব পিব়ব য়াম্ন অথোইব লক্ষ্মীগী কবচবু ভাহল্লে. মী অদুন লক্ষ্মীবু ফংনিংলবদি অতোপ্পদ হায়দোকনু॥১৫॥

শঠায় ভক্তি হীনায় নিন্দকায় মহেশ্বরি
ন্যূনাঙ্গে অতিরিক্তাঙ্গে দর্শয়েন্ন কদাচন॥১৬॥

হে মহেশ্বরি! লোনম্ব. ভক্তি লৈতব, মীন থীন ঙাংনব অমদি মশা নোইথোকপ, অমন মখুৎ মথোং লোংব মশাদ অব়াংপ লৈব অহেনব লৈব মী অদুগী মফমদ শিব তান্ন-ফাওবদসু কব়িগুম্বদ ফোংদোকফাদ।১৬।

নস্তবং দর্শয়েদ্দিব্যং সংদর্শ্য শিবহাভবেৎ॥১৭॥

পুকচেল ফত্তবদ কব়িগুম্বদসু ফোংদোকফদে, মী অদুন অদুগুম্ব মী অদুদ ফোংদোকলুব়বদি শিব মহাদেববু হাংপগী মহৈ ফংগনি।১৭।

কুলীনায় মহোচ্ছ্রায় দুর্গা ভক্তি পরায় চ।
বৈষ্ণ বায় বিশুদ্ধায় দদ্যাৎ কবচ মুত্তমম্ ॥১৮॥

মী অদু অতোনবদগী চাউখৎপ ওইব দুর্গা নিংবদ পুক্নিং চংব, বিষ্ণুগী ভক্ত ওইচ মপূক শেংব মী অদুদ থোইদোক্লব কবচ অসি তাকদৌবনি ॥১৮।

নিজ শিষ্যায় শান্তায় ধনিনে জ্ঞানিনে তথা।
দদ্যাৎ কবচ মিত্যুক্তং সর্ব্বতন্ত্র সমন্বিতম্ ॥ ৯॥

মপুক্নিং তপ্প, মশাগীন শিষ্য ওইবদ তন্ত্র পূম্বগী মশক ওইব কবচ অসি পিগনি। অমদি ধন লৈব জ্ঞান লৈবদ পিগনি। অতোপ্প কনাহন্দদ পিকদে ॥১৯॥

বিলিখ্য কবচং দিব্যং স্বয়ম্ভু কুসুমৈ: শুভৈ:।
স্বশুক্রৈ: পরশুক্রৈশ্চ নানাগন্ধ সমন্বিতৈ ॥২০॥
গোরোচনা কুঙ্কুমেন রক্তচন্দন কেনবা।
সুতিথৌ শুভ যোগেবা শ্রবণা য়াংরবের্দিনে ॥২১।
অশ্বিণ্যাং কৃত্তি কায়াংবা ফল্গুণ্যাংবা মঘাস্থচ।
পূর্ব্ব ভাদ্রপদা যোগে স্বাত্যাং মঙ্গল বাসরে ২২॥
বিলিখেৎ প্রপঠেৎ স্তোত্র শুভ যোগে সুরালয়ে।
আয়ুষ্মৎ প্রীতি যোগেচ ব্রহ্ম যোগে বিশেষত: । ২৩॥
ইন্দ্র যোগে শুভে যোগে শুক্র যোগে তথৈবচ।
কৌলবে বালবে চৈব বণিজে চৈব সত্তম: । ২৪।

অফব তিথি অফব যোগদ শ্রবনা নক্ষত্রন পানবদ, নোংমাইজিং নুমিৎ অশ্বিনী নক্ষত্রন পানবদ, কৃত্তিকা নক্ষত্রদ, ফাল্গুনী নক্ষত্রদ, লৈবাকপোকপ নুমিত্ত, অথোইব ব্রহ্মযোগ

তাব, ইন্দ্র যোগদ, অক্ষব যোগদ, শুক্র যোগদ, কৌলব, বালব, অমংং বানিজ করন যোগদ স্বয়ম্ভুদ, লৈ গোরোচন, কুংকুম, চন্দন অগু'ব (রক্ত চন্দন) মাম মনম্ মুংশিব পোং জম-শিংন কবচ অসিবু ইরগ অমুম্ব পুজা তৌগনি অসিগুম্ন তৌরবদি পুন্সি শাংস্তি লন্ চাউথংলি ॥২০।২১। ২২॥২৩ ২৪॥

শূণ্য গারে শ্মশানেচবা বিজনেচ বিশেষতঃ।
কুমারীং পুজয়িত্বাদৌ যজে দ্দেবীং সনাতনীম্ ॥২৫।

অহাংব য়ুমদ, মোংক্ষমদ নত্রগ অচীকপ মক্ষমদ কুমারীবু পুজা তৌরগ মথংদ লেংদ্রবী লক্ষ্মী দেবীবু পুজা তৌগনি ॥২ ॥

মৎস্য মাংসৈশাক সূপৈঃ পুজয়েৎ পর:দবতাম্।
ঘৃতাদ্যৈ: সোপকরনৈঃ পুপ সূপৈর্ব্বি শেষত ॥২৬॥
ব্রাহ্মণ ন্ ভোজয়িত্বাদৌ প্রণমেৎ পরমেশ্বরীম্ ॥২৭॥

ঘী, ভা, শা, হরাই, হরাই অতিংব মনা-মশিংনচিংব পোংলম খিবিক্ক পুজা ভৌগনি। অহানবদ ব্রাহ্মনশিংবু পিজ-পিথক তৌগনি মথংদ লক্ষ্মী দেবীগী পেন্নব হোংম্নগনি ॥২৬॥২৭॥

বহুনা কিমিহোক্তেন কৃতে ত্বেবং দিনত্রয়ম্।
তদা ধরেৎ মহা রক্ষা শঙ্করেণাভি ভাষিতম্ ॥২৮।

অসিদগী হেনব হায়নীংডায় করি লৈ? মী অহুন মুমিং হুমনি চুপ্প মঙঃ অসিদ লক্ষ্মী দেবীবু আরাধনা তৌগনি, মী অহুন করিগুম্ব মঙংগী অবাব কংলোই। অবাব তাব পুম্নমক কনবীগনি বাহৈ অসি মহাদেবন হারখি করিগুম্বদ য়োম্নবা হৌনদে ॥২০।

মারণ দ্বেষণাদীনি লভতে নাত্রসং শয়ঃ।
সম্ভবেৎ পার্ব্বতী পুত্রঃ সর্ব্ব শাস্ত্র বিশারদ ॥২৯॥

মী অহুদ ভক্তিগ লোইনন লক্ষ্মী দেবীগী পূজা তৌরগ কবচ অসিবু পাঠ তৌগনি, মহাক্ন মারণ–দ্বেশনচিংব হাংপ য়েক্লবনচিংব, মন্ত্রগী সিদ্ধ ওই, মহাক পার্ব্বতীগী মুংশিব মচা অমদি শাস্ত্র পুম্নমকপু হৈব অম ওইগনি ॥২৯॥

গুরুর্দেবো হরঃ সাক্ষাৎ পত্নী তস্য হরিপ্রিয়া।
অভেদেন ভজেৎ যস্তু তস্য সিদ্ধি রদূরতঃ ॥৩০॥

মী অহুন পুক্লিং অমত ওইন লক্ষ্মী দেবীবু নীংজব, লাই পুম্নমক্কী মশক ওইরবী অমস্তুং মন্ত্র পুম্নমক্কী মশক ওইরবী লক্ষ্মীবু মী অহু তশেংন লাই ওইব শিব মহাদেবগী 'সাযুজ্য' কৌব মুক্তি অহু ফংঙি, মাগী মুপী অহুন 'হর' কৌম 'শিব'গী চান্নবীগ মান্নে অমস্তুং অসি হায়ক্তিম্ব নত্তে, নিপা অহু সিদ্ধি থুন ফংঙি ॥৩০॥

সর্ব্ব দেব ময়ী দেবীং সর্ব্ব মন্ত্র ময়ীং তথা।
স্বভক্ত্যা পূজয়েৎ যস্তু সভবেৎ কমলা প্রিয়ঃ ॥৩১॥

মী অহুন পুক্লিং অমত ওইন লক্ষ্মী দেবীগী আরাধানা তৌব। মহাক অহু তশেংব দেব-দেব ওইব শিবগী সাযুজ্য মুক্তি ফংঙি, মাগী মুপীবুন শিবগী চান্নবীগ মান্নে অমস্তুং অসি হায়জিনব নত্তে নিপা অহু সিদ্ধি থুন ফংঙি ॥৩১॥

রক্তপুষ্পৈস্তথা গন্ধৈ বস্ত্রা লঙ্করণৈস্তথা।
ভক্ত্যাযঃ পূজয়েৎ দেবীংলভতে পরমাং গতিঃ ।।৩২।

মী অহুন লৈ অতাংব, রক্তচন্দন, ফি, অমসুং লৈতেং-শিংন ভক্তিগ লোইনন লক্ষ্মী দেবীগী পূজা তৌব, মী অহুন অরোইব মতমদ অথোইব গতি ফংই।৩২।

নারীবা পুরুষোবাপিষঃ পঠেৎ কবচং শুভম্।
মন্ত্র সিদ্ধিঃ কার্য্য সিদ্ধি র্লভতে পরমাং গতিম্ ।।৩৩।

নুপী অমসুং নিপা পুম্নমক্ন মঙল পিরব অসিবু পাঠ তৌব, মহাক্ন চিংনব লৈতন মন্ত্রগী সিদ্ধি ওই অমসুং কার্য্য সিদ্ধি ওইব ফংই। ৩৩।

পঠতি যইহমর্ত্ত্যো নিত্য মাত্র্যান্তরাত্মা।
জপফল মনুমেয়ং লপস্যতে যৎবিধেয়ম্ ।।
সভবতি পদমুচ্চৈঃ সম্পদাং পাদ নম্রঃ।
ক্ষিতিপ মুকুট লক্ষ্মী র্লক্ষণানাং চিরায়। ৩৪।।

মী অহুন থাজন পুক্নিং থোইম চংন নুমিৎ খুদিংগী অসিগুম্ব লক্ষ্মী দেবীগী কবচবু পাঠ তৌব। মহাক্ন ইরাই লাইন জয় ওইবগী মথৈ ফংই। মথং-মথং চাউখৎপ লৌশিং অমসুং অকব রাথল থোকপ ওই, অসিদ চিংনবীংতায় লৈতে ।।৩৪।।

ইতি শ্রীবিশ্ব সার তন্ত্রোক্তং লক্ষ্মী কবচং বেদগর্ভ শর্ম্মঃ কৃত মনিপুরী ভাষা নুবাদ সহিতং সমাপ্তম্।

মতাং অসিদ শ্রীবিশ্ব সার তন্ত্রদ হায়খিব শ্রীলক্ষ্মীগী কবচবু বেদগর্ভ শর্ম্মনা তৌব মনিপুরী অনুবাদগ লোইনব লোইরে ।।

— — — —

যত্র কালেন কিঞ্চিৎ স্তাং দেবা স্তুর মহোরগ: ।
ত্রৈলোক্য লয় মানঞ্চ তদা ভুংকমলাম্বিকা ।।৯।।

মতম অমদ মরোল অহুম অসি ঐশিংদ লুপ্লম্মী, মতম অহুদ মেব—লাই অসুর—হিংচাব, পন্নগ—লিল, অম কাওব করিমত্তা লৈরমদে মতম অহুদসু 'কমলা' মতোমদ লৈরম্মী । ৯।

ভুর্ভুবো মুণ্ডিক্ক পাসা একা পূজ্যাতু সাভবেৎ ।
নিত্য ক্রমেণ দেবেশী পূজয়েৎ বিধি পূর্ব্বকম্ ।।১০।।

লক্ষ্মী দেবীদি 'ভু'গী নশকনি অমসুং 'ভুব'গী মশক ওইবীনি মহাক্তবু পূজা তৌগদৌবনি। হে পরামশ্বরী! হৌনবী মতুংইম মুমিং খুদিংগী ওইন পূজা তৌগদৌবনি ।।১০।।

অষ্টোত্তরং শতং বাপি তৎ মন্ত্রং প্রজ পেৎস্তুধী: ।।১১।

অশেংব মবাই ওইবন ভক্তিগ লোইনন লক্ষ্মী দেবীগী বীজ মন্ত্রবু চাম নিপাল্লক হম জপ তৌগদৌবনি ।।১১।

অসুরঞ্চ তথা মাগা যেচন্থ ষ্টাগ্রহা অপি ।
ভূত বৈতাল গন্ধর্ব্ব ডাকিণ্যো যক্ষ রাক্ষসা: ।।১২ ।
ক্রুরাশ্চ দেবতা: সর্ব্বে ভূভু বশ্চৈব ভৈরবা:
পৃথিব্যাদীনি সর্ব্বাকি ব্রহ্মাণ্ডং সচরা চরম্ ।।১৩।
ব্রহ্মা বিষ্ণুশ্চ রুদ্রশ্চ ঈশ্বরশ্চ সদাশিব: ।
তেতুষ্টা পরিতুষ্টাশ্চ যত্তলক্ষ্মীং প্রপূজয়েৎ ১৪।।

মীওইবন শ্রীলক্ষ্মীগী পূজা তৌগদৌবনি, ইবেম মহাক্ত পেন্নবদ হিংচাব, লিল, কত্তব গ্রহ, ডাকিনী, ভুত, বেতাল, গন্ধর্ব্ব. যক্ষ, রাক্ষস. কত্তব লাইশিং, ভু, ভুব, ভৈরবশ্নন, পৃথিবীনচিংব অচৎ চত্ত ব্রহ্মাণ্ড. ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব পুন্নমক্ত পেব ওই।।১২।।১৩।।১৪।।

কমলা পূজনা দৈঞ্চব কোটি পূজা ফলং লভেৎ।
হস্তিবেঘ্নাং পূজি তাস্য তথা শত্রুং মহেৎকটম্।
ব্যাধয়ঃ সর্ব্বারিষ্টানি পলায়ন্তে ন সংশয়ঃ॥১৫॥

তশেংন লক্ষ্মীগী পূজা তৌব অদুতনা পুজা লিশিং তরা তৌবগী মহৈ ফংঙি, মহাক্কী পূজা তৌবদ থুগায়ব লাকপা অমস্মুং য়েক্লব অকনব লোইন মাংব ওই; অতোপ্পা লাইপস্মু অমস্মুং ফত্তব লাই পুম্নমক চেলখি অসি চিংনফম লৈতে॥.৫॥

গ্রহা যক্ষাঃ ক্ষয়ং যান্তি ভূতবেতাল পন্নগাঃ॥১৬॥
অস্থরা গুহ্যকা প্রেতা যোগিণী গুহ্যডকিণী।
মহাভয়ানি দুর্ভিক্ষ মুৎপাতানি সহস্রশ.॥১৭॥
দুঃস্বপ্নমপ মৃত্যুশ্চ অন্যেযেযে উপদ্রবাঃ।
কমলা পুজনা দেব নতস্য প্রভবন্তিচ॥১৮॥

শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী পূজা তৌবন মথল খুদিংগী লাইনা অমস্মুং মুংঙায়তব পুম্নমক কোকই গ্রহ, যক্ষ, নচিংব মাংঙি। 'কমলা'বু পূজা তৌবন ভূত, বেতাল, পন্নগ, অস্থর, গুহ্যক, প্রেত, যোগিণী, গুহ্যডাকিণী, মহামায়া, চাক তাংব ফত্তব খোদোক, মং ফত্তব, অপমৃত্যু (মতম চাদন শিবা) পুম্নমক কোকই। কনাগুম্ব মী অমতনস্থ মাবু থিন হায়ব ওমদে॥১৬॥১৭॥ ৮।

অণিমাদিক সিদ্ধিশ্চ পাতাল গুটিকানুজনাঃ।
চতুষ্কঃ দিব্য বেতাল মাপ্নুয়াৎ কমলাচর্চ্চনাৎ॥১৯॥

তশেংম শ্রীলক্ষ্মীগী পূজা তৌবতন অনিমানচিংব সিদ্ধি পাতাল সিদ্ধি, গুটিকা সিদ্ধি, বেতাল সিদ্ধি অমস্মুং অঞ্জনা সিদ্ধি ফংব ওমী। ১৯।

যথা যথা তৎপ্রিয়কৃৎ সর্ব্ব সিদ্ধীশ্বরো ভবেৎ।
মহ ভয়ে সমু পন্নে কমলাংযঃ প্রপূজয়েৎ।
তৎক্ষণাৎ লভতে মোক্ষং সত্যং সত্যং নসংশয়ঃ ।২০॥

মীন য়ায় হেয় লক্ষ্মীবু পেলহনব, মী অহুন সিদ্ধি পুয়গী মপু ওই। অকিব থেংনয়বদ মী অহুন 'কমলা'বু পুজা তৌয়বদি মান মতম অহুদ অকিবদগী কোকই। অসি চিংন-নীংতায় লৈতে। ২০।

ব্রহ্মা বিষ্ণুশ্চ রুদ্রশ্চ ঈশ্বরশ্চ সদাশিবঃ।
তেতুষ্টাঃ সর্ব্ব তুষ্টাশ্চ কমলাংসঃ প্রপূজয়েৎ।
গোহত্যা স্ত্রীবধশ্চৈব সর্ব্বংপাপং প্রণশ্যতি ।২১।

'কমলা' পুজা তৌব মীবু ব্রহ্মা, বিষ্ণু, রুদ্র, ঈশ্বর, সদা শিব পুয়মক পেল্লি, মী অহুন যগ হাৎপ, নুপী হাৎপন-চিংব অয়াম্ব পাপতগী কোকই ॥২১॥

মাতবঃ পিতর শ্চৈবভ্রাতর শ্চৈব সর্ব্বতঃ।
তেতুষ্টাঃ সর্ব্ব তুষ্টাশ্চ কমলাংযঃ প্রপূজয়েৎ ।২২।

মী অহুন লক্ষ্মীগী পুজাবু তৌয়বদি মাবু মাতৃ পিতৃ-শিংন অমম্মুং মচিল মনাওশিংন থোইন অপেনব ওইন লৈমিমৈ ॥২২।

ভুক্তি মুক্তি ফলং তেষ্যাং সৌভাগ্যং সর্ব্ব সম্ভবঃ ।
বিষ্ণু লোকে বসেন্নিত্যং ত্রিনেত্রো ভগবানুইব ॥২৫॥

মী অতুন শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী পুজা তৌরবদি মহাক ভুক্তি-মুক্তি ফংঙি অমস্তুং মহাক মরাইবক ফব অমসুং মখল খুদিংগী লন, থুম্, লৌ, ইংখোল ফংঙি, অরোইব মতমদ মিং অহুম পানব 'সদা শিব'গ মান্নে, বিষ্ণু লোক্ত লৈগনি ॥২০॥

ষষ্টি কোট্রি সহস্রাশ্ব মেধানাং সফলং লভেৎ।
প্রতিবর্ষঞ্চয কুর্য্যা ভক্ত্যাতু কমলার্চ্চনম্ ।
বিষ্ণু লোকে বসেন্নিত্যং সর্ব্বৈশ্বর্য্য সমন্বিতঃ ॥২১॥

মী অতুন ভক্তিগ লোইননা চহি অমা চুপ্প চহি খুদিংগী শ্রীলক্ষ্মীগী পুজা তৌরবদি মহাক্ত কোটি লিশিং হুম্ফুরক হুম অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবগী মহে ফংঙি অমসুং মহাক্ত ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্ত লোইনন বিষ্ণু লোক্ত লৈগনি ॥২৪।

যঃ করোতি হি পুণ্যাত্মা দেবতা প্রীতিমপ্লুয়াৎ ।
মনোহ্ ভিলষিতং প্রাপ্য চান্তে মোক্ষমবা প্লুয়াৎ । ২৩॥

পুণ্য চেলব মীন লক্ষ্মীগী পুজা তৌব মাবু লাই পুম্নমক্ত পেল্লে অমসুং মী অতুন মপোক অসিদ অপাম্ব পুম্ব ফংলগ অরোইবদ অরান খুবম ফংঙি ।২৫॥

যঃ করোতিবিধানেন সর্ব্বান কামান্ সমগ্ন্তে ।
ইহভুক্ত্বাখিলান্ ভোগান্দেব বৎপ্রিয়দর্শনঃ ।
অন্তেদেব্যা স্তু'মিলনং লভতে নাত্র সংশয়ঃ ।২৬।

মী অহুন হৌনবী মওং চুম শ্রীলক্ষ্মীগী পূজা তৌব মাবু লাই পুম্নমক্ক পেল্লি মপুং ফান অপাম্ব কংঙি। মাবু লাইগ মাম্নন য়েংঙি মপোক অসিদ চাব থকপ রা'তে অরোইবদ দেবীশিংগ পুন্না লৈমিন্নে। অসি চিংননীংঙায় লৈতে ।।২৬।।

মাঘে মাসি সিতে পক্ষে পৌর্ণমাস্যাং তিথৌতথা ।
স্নাত্বাচম্যচ শুদ্ধাত্মান্যা সান্ কৃত্ব্য বিধানতঃ ।।২৭।
দীপং স'স্থাপ্য পূরত উত্তরাভি মুখ. স্থিতঃ।
অথ সাবরর্ণাং দেবীং ধ্যাত্বা বিধিবদর্চ্চয়েৎ।।২৮।।

বাকচৌংগী পামথংলকপ পুর্নিমা তিথিদ ইরুজরগ আচমন তৌহুন য়াম্ন শেংন হৌনবী চুম ন্যাসনচিংব লোইরগ মাই অরাং ওন্দুন ফমপনি। নোংপোক মাইকৈদ থাওমৈ থাল্লগ থাওমৈ অহুদ কোইনবীগ লোইনন লক্ষ্মীগী ধ্যান তৌরগ হৌনবী মওং চুম পূজা তৌগনি।।২৭।।২৮।।

অষ্টোত্তর সহস্রস্ত জপেৎ মন্ত্রমনণ্য ধীঃ ।।২৯।।

মওং অসিদ হৌনবী পুজ লোইরগ পুক্লিং অনী লোংদন লগী বীজ মন্ত্রক্ষী লিশিং ১০০৮ নি পামক জপ তৌগনি ।।২৯।।

এবং কৃতে মহালক্ষ্মী প্রীতা ভবতি সর্ব্বদা।
সর্ব্বকাম সমৃদ্ধাঢ্যা সর্ব্বৈশ্বর্য্য সমন্বিতঃ।
সর্ব্বলৌকৈক সামান্যঃ সংচরেচ্চ যথা সুখম্ ॥৩০॥

মওং অসিদ আরাধনা তৌরবদি মতম পুম্নমক্ত মচোন্দ পেগ্ন লক্ষ্মীন লৈ। নীংজরিব অচুগী মথল খুদিংগী অপাম্ব অংচু মপুং ফাই, মথল খুদিংগী মতীক মগুন ফংঙি, চিংনব শৈশুন জগৎ অসিদ অতেগ যাম্নদব মওংদ নুংঙায়ন লৈগনি ॥৩০॥

বহুনা কিমিহোক্তেন লক্ষ্মী তত্ত্ব পরায়ণঃ।
দেবার্চ্চকঃ পুমান্ যঃ স্যাৎসচ সর্ব্বোত্তমো ত্তমঃ ॥৩১॥

অসিদগী হেনব হায়নীংঙায় করিম্ন লৈত্রে, মীওইবন শ্রীলক্ষ্মীগী মরুওইব তত্ত্ব অসিবু খংলব মীন শ্রীলক্ষ্মীগী পূজা তৌরিবনি চিংনগম্ন পুম্নমক্ত য়েংলুবদ অ সন মহেল্লবনি ॥৩১॥

ইতি শ্রীবেদগর্ভ শর্ম্ম কৃত মনিপুরী ভাষানুবাদ সহিতং লক্ষ্মী মহাত্ম্যং সমাপ্তম্ ॥

মতাং অসিদ শ্রীবেদগর্ভ শর্ম্মন তৌজব মীতৈলোনগী অনুবাদগ লোইনব লক্ষ্মীগী মহাত্ম্য লোইরে।

---

যট্‌কোণ পক্মমট্যস্থে ষডঙ্গ যুবতীময়ে ।
ব্রহ্মণ্যাদি স্বরূপেচ লক্ষ্মী দেবি নমোঽস্তুতে ॥৭॥

হে লক্ষ্মী দেবী ! নংগী হকচাংদ চুপ্পেক তরুক থোকপ থম্বালগী মপক ওইব লৈ, নংন হকচাংগী কায়াং তরুক্তী ওইব মথোংকাবী মুপীগী (অয়াঙ্গ লাইরেম্বীগী মওংদ পতিব্রতা ওইবীনি। নংদি ব্রহ্মাণী'নি, 'বারাহী'নি অসিনচিংব মাতৃগণ-শিংগী মিং কৌনরিবীনি। নংবু থৃকুমজরি ।।৭।।

দেবি ত্বংচন্দ্রবদনে সর্ব্ব সাম্রাজ্য দায়িণী ।
সর্ব্বানন্দকরে দেবি লক্ষ্মী দেবি নমোঽস্তুতে ।।৮।।

হে লক্ষ্মী দেবী। নি থেংগী লন ওইবী ! নংগী মায়-থোংদি মপুং কারব থাজগ মাঈ। নংন পেন্নবদ চক্রবর্ত্তী ওইব লৈবাক পিরিবীনি। নংবু থৃকুমজরি। ৮।

পূজা কালে পঠেৎযস্তু স্তোত্র মেতৎসমাহিতঃ ।
তস্যগেহে স্থিরা লক্ষ্মী র্জায়তে নাত্র সংশয় ।।৯।।

মী ওইন পূজা তৌব মতমদ য়ায় চেকশিন্ন স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌব মথংদ চিংনব লৈতন 'শ্রীকমলা দেবী'ন লেংদন মতম পুম্বদ মাগী য়ুমদ লৈ ।।৯।।

প্রাতঃ কালে পঠেৎ যস্তু মন্ত্র পূজা পুরঃ সরম্
তস্যচায় সমৃদ্ধিঃ স্যাৎ বর্দ্ধমানো দিনেদিবে ।।১০।।

মী অতূন অয়ুক্তী মতমদ মন্ত্র অমশুং পূজানচিংব লোইরগ লক্ষ্মীগী স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌব মী অতূগী য়ুমদ চিক্তাকুচিংব অরাংপ লৈতন চাউখংলি মী অতূন মুমিৎ থুদিংগী লন্ চাউ-খংপ কংতি। ১০।

যস্মৈ কস্মৈ নদাতব্যং নপ্রকাশ্যং কদাচন।
প্রকাশাৎ কার্য্য হানি স্যাৎ তস্মাৎযত্নেন গোপয়েৎ ।।১১।।

কনাগুম্বদ করিগুম্বদ স্তোত্র অসি পীথোক্লনু অর্থাৎ ইচম-চম্ব যীদ পীথোকপ হৌনদে, স্তোত্র অসি মতম পুম্নমক্ত চেকশীন্ন থমগদৌবনি। ইরাই লাইন পুম্নমক্ত কোংদোক্লবদী থবক অদু মহৈ য়াম্লোই অমম্মং থবক অদুগী ওম্ন তৈনব ওইগনি মরম অসিন চেকশিন্ন তৌগনি ।।১১।।

ত্রৈলোক্য মঙ্গলং নাম স্তোত্র মেতৎ প্রকীর্ত্তিতম্।
ব্রহ্ম বিদ্যা স্বরূপঞ্চ মহৈশ্বর্য্য প্রদায়কম্ ।।১২।

মরোল অহুমগী মঙ্গল ওইব ত্রৈলোক মঙ্গল কৌব স্তোত্র অসিবু হংনৈ, অসিন মরোল অহুমগী অফব ওই. অসি ব্রহ্ম-বিদ্যাগী মশকনি অমসুং অথোইব ঐশ্বর্য্য পী চিংনগনু।।১২।।

পঠনাৎ ধারনা মর্ত্ত্য স্ত্রৈলো কৈশ্বর্য্যবান ভবেৎ।
যৎ ধৃত্বা পঠনাৎ দেবাঃ সর্ব্বৈশ্বর্য্যসবা প্নুয়ুঃ ।।১৩।।

স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌব অমদি অসিবু ওকশমদ নত্রগ পান্থোমদ শিজিনব মী অদু ইরাই-লাইন মরোল অহুমগী মপু ওইব ওম্মী। মন্ত্র অসিবু পাঠ তৌবদ অসিগী থৌজান্ন লাই পুম্নমক্না মতীক মগুণগ মান্নব লন্ থুম ফংই।।১৩।।

ব্রহ্মা বিষ্ণু শ্চরুদ্রশ্চ ধারণাৎ পঠনাৎ যতঃ।
সৃজত্যবতি হরন্তি কল্পে কল্পে পৃথক্ পৃথক্ ।।১৪।

স্তোত্র অসিবু ধারন তৌব অমসুং তমথীবন মরম ওইদুনা ব্রহ্মান জগৎ সেম্ব ব্রহ্মান কল্প কল্পদ মথল মথলগী তোংগান

তোংঙান্ন সেমখি, দেব-দেব ওইব অর্থাৎ লাইগী লাই ওইব শ্রীবিষ্ণুন জগৎ অসি ঙাকপ ওই অমসুং রুদ্রন সংহার প্রলয় তৌই। ১৪।।

পুষপাঞ্জল্যষ্টকং দেব্যৈ ক্ষলনে নৈব পঠেৎ ৩৩ঃ।
যুগকাল কৃতায়াস্তু পূজায়াং ফলমা প্নুয়াৎ।।১৫।।

মূলমন্ত্র শোল্লগ লক্ষ্মীদ লৈ থুজোক নিপাল্লক কৎলগ স্তোত্র অসি পাঠ তৌবদ যুগ অমদ তৌব পূজাগী মহৈ ফংগনি।।১৫।।

প্রীতিমনোন্যতঃ কৃত্বা কমলা নিশ্চলা গৃহে।
বাণীবক্ত্রেবসেৎ তস্য সত্যং সত্যং ন সংশয়ঃ।।১৬।।

য়াম্ন শেংব্রব 'স্তবরাজ' স্তবগী অথোইব অসিবু তমজব লক্ষ্মী দেবীন মাবু থোইথোক্লু অপেনব ওই। মান অসিবু পাঠ তৌব মাগী খৌরিদ সরস্বতীন লেংদনা লৈ। অসিদ করিগুম্বদ চিংনমীংঙায় লৈতে।।১৬।।

অষ্টোত্তরশত শ্লাস্য পুরচর্য্য বিধি স্মৃত।।১৭।

স্তোত্র অসি চামনিপাল্লক শোনবন স্তোত্র অসিগী পুরচরন মপুং ফাব নিয়মনি।।১৭।

ভূর্জ্জে বিলিখ্য গুলিকাং স্বর্ণস্থাং ধারয়েৎযদি
কণ্ঠেবা দক্ষিনে বাহৌ সোহপি সর্ব্বতপোময়ঃ।।১৮।

মী অমুন ভুর্জ্জ পত্র মকুদ স্তব অসিবু ইরগ সনাগী যন্ত্র মথক্ত থম্নগ ঙকশমদ নত্রগ য়েংকী পাম্বোমদ ধারন তৌগনি, তপ য়াম্ন তৌবগী মহৈ ফংগনি।।১৮।।

ব্রাহ্মা স্ত্রাদীনি শস্ত্রানি তৎ গাত্রং প্রাপ্যং পার্ব্বতি।
মাল্যানি কৌস্তুমাস্থেব ভবন্ত্যেব ন সংশয়: ।১৯।।

হে পার্ব্বতী! মী অহুন স্তোত্র অসিবু মশাদ লৈরবদী, করিগুস্ন মওংগী খুৎশু খুৎলাইন লংশীল্লব্রবস্নু মশাদ চংব ঙমদে, খুৎলাইন পাল্লবস্নু লৈ পরেংন ফুবগুম্ন থোকই, অসিদ চিংনকম লৈতে।।১৯।।

অস্যাপি পঠনাৎ সদা কুবেরোঽপি ধনাধিপ:।
ইন্দ্রাদ্যা: সকলা দেব ধারনা পঠনাৎ যত:।
সর্ব্ব সিদ্ধীশ্বরা: সন্ত: সর্ব্বৈশ্বর্যামবা প্নুয়াৎ ॥২০॥

অসিগুস্ন স্তোত্রগী পাঠ তৌবন কুবেরগুম্ন লনগী মপু ওইব কংঙি অমন ইন্দ্রনচিংব লাইশিংনস্নু স্তব অসি ধারণ তৌবণ অমস্নুং ওস্নন মখল খুদিংগী সিদ্ধি অমস্নুং মওং পুম্নগী ঐশ্বর্য্য ফংগনি।২০॥

পুষ্পাঞ্জল্যষ্টকং দেব্যৈ মূলেনৈব সকৃৎপঠেৎ
সম্বৎসর কৃতায়াস্ত পূজায়া: ফলমা প্নুয়াৎ ।২১।

মী অহুন মূল মন্ত্র পাঠ তৌরগ দেবীদ পুষ্পাঞ্জলি নিপাল্লক কংলগ অমুক্তং স্তোত্র অসি অমুক্তং পাঠ তৌব মী অহুন চহি অম পাঠ তৌবগী পূজাগী মহৈ ফংগনি।২১।

যো ধারয়তি পুণ্যাত্মা ত্রৈলোক্য মঙ্গলংত্বিদম্
স্তোত্রন্তু পরমং পুণ্যং সোঽপি পুণ্যবতাংবরঃ ॥১২॥

পুন্য তৌব মীন মরোল অহুনগী মঙ্গল পিব থোইদোক্ল শেংলব স্তোত্র অসিবু ধারন তৌরি মহাক অহ্ন পুন্য তৌব মীশংগী মকোক থোংবনি হায় ॥১২॥

সর্ব্বৈশ্বর্য্য যুতো ভূত্বা ত্রৈলোক্যবিজয়ী ভবেৎ।
পুরুষো দক্ষিনে বাহৌ নারী বাম ভুজেতথা।
বহুপুত্রবতী ভুত্বাবন্ধ্যাপি লভতে সুতম্ ॥২০॥

মী অহুন ভক্তিগ লোইননা হৌনবা নিয়ম মতুংইন্না ভুর্জ্জ পত্রদ স্তোত্র অসিবু ইরগ য়েংকি পাস্বোমদ শিব, মহাক ঐশ্বর্য্য পুম্নমক লৈব ওইহুন মরোল অহুমদ জয় ওইব অমা ওই অতোপ্প অমন নুপীন ওইগী পাস্বোংদ শিব মহাক মচা পোকপি ওই স্তোত্র অসি ধারন তৌবন অথুংবী নুপীগীস্থু পুম্নমজগী অহেনব মচা ফংঙি ॥২৩॥

ব্রহ্মাদীনি শস্ত্রানিনৈব কৃন্তন্তি তংজনম্।
পঠেৎবা ধারয়েদ্বাপি যোনরো ভক্তিতৎপরঃ ॥১৪॥

মী অহুন পুক্নিংদ ভক্তি তৌন স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌব, অমন মাগী মশাদ ধারন তৌব, মহাকপু থুংগু খুংলাইনচিংব করিগুম্ব ব্রহ্মাস্ত্র ফাওবনসু ককপ ঙমলোই ॥২৪॥

এতত্তু স্তোত্রমজ্ঞাত্বা যোঽর্চ্চয়েজ্জগদীশ্বরীম্ ।
দারিদ্র্যং পরমং প্রাপ্য সোঽচিরাৎ মৃত্যুমাপ্নুয়াৎ ॥২৫॥

মী অহুন স্তোত্র অসিবু খংদন জগৎকি মবেম্ম ওইবীগী পুজা তৌব মখোয় অদু খম থেংন লাইরব ওইরগ থুনমক অশিবগী থায়াংত তাই ॥২৫॥

যঃ পঠেৎ প্রাতরুত্থায় সর্ব্ব তীর্থ ফলং ভবেৎ
যঃ পঠেৎউভয়োঃ সন্ধ্যো স্তস্যবিঘ্নো নবিদ্যতে ॥২৬॥

মী অহুন অয়ুক্ত হৌগৎলগ স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌব অমদি মচাক তীর্থ চংপগী মহৈ ফংগনি অমসুং মী অমন সন্ধ্যা অনীদ স্তবরাড় অসিবু পাঠ তৌরব মহাক করিগুম্ব মওংগী হৈয়খায়ব লৈরোই ॥২৬॥

ধারয়েৎযঃ স্বদেহেতু তস্যবিঘ্নং নবুত্রচিৎ ।
ভূতপ্রেত পিশা চেভ্যো ভয়ং তস্যনবিদ্যতে ॥২৭॥

মী অহুন স্তোত্র অসিবু মাগী মশাদ শিরব, মহাক করিগুম্ব মওংগী হৈয়খায় খিঙ্গাইবন চংব তমন্ত্রে, ভুত, প্রেত, পিশাচনচিংবস্থ অকিব লৈত্রে ॥২৭।

রণে রাজদ্বারেচ সর্ব্বত্রবিজয়ী ভবেৎ ।
সর্ব্বত্র পুজা মাপ্নোতি দেবী পুত্রইবক্ষিতৌ ॥২৮॥

মী অহুন স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌরগ অমদি ধারন তৌরগ, মহাক্ক লানফমদ চংব, নিংথেংগী থোংদ য়োরবদ মফম পুম্নমক্ক জয় ওই অমসুং মী পুম্নমক্ক লুন তৌব ওই । মী অদু দেবীগী মচাগ মায়ৈ পৃথিবীদ সুংঙ্গায়ন লৈ ॥২৮॥

এতৎ স্তোত্রং মহাপুণ্যং ধর্ম্মকামার্থ সিদ্ধিদম্।
যত্র তত্র নবক্তব্যং গোপিতব্যং প্রযত্নত: ॥২৯॥

য়াম্ন শেংগ্রব স্তোত্রনি, অসিত্তন ধর্ম্ম, অর্থ অমস্তু কামন্তু কংঙি। অসিবু মকম থুদিংদ কোংদোকফদে হায়দোকখ্রে, ভুম্নিবমখৈ চেকশিন্ন তৌগদবনি ॥২৯॥

গোপিতং সর্ব্ব তন্ত্রেষু সারাৎসারং প্রকীর্ত্তিতম্।
সর্ব্বত্র সুলভাবিদ্যা স্তোত্রমেতৎ সুদুর্ল্লভম ॥৩০॥

কনাগুম্বন করিগুম্বদ ফংত্রব, মী অতুন তাংন যংলত্রব তাংখ্রব স্তোত্রনি কান্নবদগীস্তু কান্নরব স্তোত্র অসি নপুংফান তন্ত্রশিংদ চেকশিন্ন হায়খ্রে ॥৩০॥

শঠায় ভক্তি হীনায় নিন্দকায় মহেশ্বরি।
ন্যূনাঙ্গে অতিরিক্তাঙ্গে ক্রূরে মিথ্যাভি ভাষিনে ॥
নস্তবং দর্শয়েদ্দিব্যং পরমং সুরদুর্ল্লভম্ ॥৩১॥

হে মহেশ্বরি। লৌনম্ন মী অর্থাৎ লক্ষ্মীবু নীংদব মী, মীম থিন হায়নব মী, মশাগী মওং কায়ব মী য়াম্ন নোহ-থোকপ মী, মপুক কত্তব মী অমসুং তাং তৌব ওইদব তাংব মী, মখোয়শিং অতুদ করিগুম্বদস্তু শে-খ্রব লাইশিংন ফাউব ফংত্রব তাংখ্রব মক্রুব স্তোত্র অসি পিথোকফদে ॥৩১॥

যত্র তত্র নবক্তব্যং ময়াতু পরি ভাষিতম্।
দত্ত্বা তেভ্যো মহেশানি নশ্যন্তি সিদ্ধয়ক্রমাৎ ॥৩২।

হে মহেশানি। ঐন হায়খিব স্তোত্র অসি মকম থুদিংদ হায়দোক্কনু। মথক্ত হায়খিব ফংব য়াদব মীওইশিংদ পিক্ররবদি কান্নব পুম্নমক পুম্মাং মাংগনি ॥৩২।

মন্ত্রাঃ পরাঙ্‌মুখা যান্তি শাপংদত্বা সুদারুণম্‌।
অশুভঞ্চ ভবেৎতস্য তস্মাৎযত্নেন গোপয়েৎ ॥৩২॥

মী অহুন ইচ্ম চঙ্গ মীওইদ স্তোত্র অসিবু ক্ষোংদোক-
ল্লবনদি মচাক অচ্‌ মপুংক্ষান মন্ত্রবু থৌওইদবনী তমথিরব শাপ
তৌরগ্রগ লক্ষ্মীন চেলখি অমস্তুং মথল খুদিংগী ফত্রবদ ওই,
মরম অসিন ন্নুংশিন চেকশিন্ন স্তোত্র অসিবু থমগাদাবনি ॥৩৩॥

গোরোচনা কুংকুমেন ভুর্জ্জপত্রে মহেশ্বরী।
লিখিত্বা শুভ যোগেচ ব্রহ্মেন্দ্রৌবৈধৃতৌযথা
সর্ব্বার্থ সিদ্ধি মাপ্নোতি সত্যং সত্যং নসংশয়ঃ ॥৩৪॥

হে মহেশ্বরী। ব্রহ্মা অমসুং ইন্দ্রনস্ন অফব যোগদ ভোজ
পত্রদ গোরোচনন অমসুং কুংকুমন ইরগ স্তব অসিবু থায়ন
তৌখি। মখোয় অনীসু পুম্নমক কান্নব সিদ্ধি ফংখি, অসিদ
চিংনফম লৈতে ॥৩৪॥

কুমারী পুজয়িত্বাতু দেবী সুক্তংনিবেদ্যচ।
পঠিত্বা ভোজয়েৎবিপ্রান ধনবান্ বেদপারগান্। ৩৫।
নাধয়ো ব্যাধয়স্তস্য দুঃখ শোক ভয়ং ভবেৎ।
বাদী মূকোভবেৎ দৃষ্ট্বা রাজাচ সেবকায়তে ॥৩৬॥

অহানবমক্তদ কুমারীগী পুজা তৌরগ দেবীগী সুক্তগ
লোইনন স্তবরাজ অসি পাঠ তৌগনি। অদুগী মথংদ বেদ
হৈব ব্রাহ্মণশিংবু ভোজন তৌহনগনি; অসুম তৌরবদি মী

অহু পুন্নমক্তগী ইনাক খুনব ওইগনি। মী অহুন চৌনবী চুম্ন স্তবরাজ অসিবু পাঠ তৌরবদি মঙোন্দ আধি, ব্যাধি, অরাব, পুক্লিং নুংঙায়তব, অকিব খরদং লাক্লবস্থু চংলক্লকপ ওম্মোই মাঙোন্দ করিগুম্ব অমত তৌব ঙমলোই। মাবু উবদ মরোল খোকলোই অমম্বুং নিংথৌ কাউব মনাইশুঃ খুন্থুম চলব ওইগনি ।।৩৫।।৩৬।।

মাসমেকং পঠেৎযস্তু প্রত্যহংনিয়তঃ শুচিঃ।
দিবাভবেৎ হবিষ্যাশী রাত্রৌ ভক্তি পরায়ণঃ
তস্য সর্ব্বার্থ সিদ্ধি স্যাৎ সত্যং সত্যং মহেশ্বরি ॥৩৭॥

হে মহেশ্বরী! মী অহুন নুংথিলগী ১তমদ শংেগান থোংব চাক চারগ অহিংগী মতমদ ভক্তি তৌন পুক্লিং লেংন থা অমা চুপ্প স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌরিব মী অহু চিংনব লৈতন মপুংফান কান্নব পুন্নমক ফংগনি ॥৩৭॥

সট্ সহস্র প্রমাণেন প্রত্যহং প্রজপেৎ সদা।
ষণ্ ঘাসৈর্বা ত্রিভির্ম্মাসৈঃ খেচরো ভবতিধ্রুবম্ ॥৩৮॥

মী অহুন নুমিৎ খুদিংগী ওইন থা তরুক চুপ্প নত্রগ থা অহুম চুপ্প নুমিৎ খুদিংগী তরুক্রক হন্ন স্তোত্র অসিগী জপ তৌব মী অহুন খেচরী ( অহাংবদ পায়হুন চৎপ ) ওইব ঙম্মি ॥৩৮॥

অপুত্রো লভতে পুত্রমধনো ধনবান্‌ভবেৎ ।
অরোগী বলবান্ স্তস্থ রাজাচ দাস তামিয়াৎ ॥৩৯॥

স্তোত্র অসিগী থৌজাল্ন মচা পোক্লব মী মচা পোকই অমস্থং লাইরবন লন্ ফংঙি। অসিগী মতীক মগুম অনাবন অনাব ফত্থন মশাঙ্গল কনব ওই, মথৌম ফব লম্মী। মী অত্থন বিধিগী মতুংইন্ন 'স্তবরাজ' অসিবু পাজরব অমদি শিজন্নবদি, নিংথৌম্সু মাগী মনাইগুম্ন মথা পোল্লরে॥৩৯॥

যত্রবং কুরুতে ধীমান্ স ত্রব কমলা পতিঃ ।
সত্রব শ্রীমহাদেবস্তস্য পত্নী হরীপ্রিয়া ॥৪০॥

জ্ঞাণ লৈরব মীন হৌনবী মতুংইন্ন স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌরব, মহাক শ্রীহরিগী 'সায়ুজ্য' কৌব মুক্তি অত্থু ফংঙি, মশামক সদা শিবগ মান্নে, মাগী নুপীন লক্ষ্মীগ মান্নব ওইগনি ॥৪০॥

বহুনা কিমিহোক্তেণ স্তব স্যাস্য প্রসাদতঃ ।
ধর্ম্মার্থ কাম মোক্ষঞ্চ লভতে নাত্র সংশয়ঃ ॥৪১॥

অসিদগী হেনব করি অমুক হায়গনি ? স্তব অসিগী থৌজাল্দন ধর্ম্ম, লন্, অপাম্ব, অন্নান্ থুবম্ মন্নিমক ফংঙি, অসিদ চিংননীংচায় লৈতে ॥৪১॥

ইতি তেকথিতং দেবি ত্রৈলোক্য মঙ্গলাভিঘম্ ।
লক্ষ্মী স্তোত্রং মহাপুণ্যং সংসারার্ণব তারকম্ ॥৪২॥

হে দেবী ! ঐন নংত্তোন্দ সংসার সমুদ্র লান্নবগী মশক ওইব য়াম্ন পবিত্র ওইরব 'ত্রৈলোক্য মঙ্গল' কৌব=(মরোল অত্থুমগী মঙ্গল ওইব কৌব) লক্ষ্মীগী স্তোত্রবু হায়রে ॥৪২॥

থাজবে সুচরিত্রায় বিষ্ণু ভক্তি পরায় চ।
দাতব্যঞ্চ প্রযত্নেন পরমং গোপনং ত্বিদম্ ।৫৩।

স্তোত্র অসি য়াম্ব থুপ্প থমগদোবনি, তশেংব লমচং কজব, পুকচেল ভিংব অমস্থং বিষ্ণুদ ভক্তি লৈব মীওইদত্তা পিয়্য অতৈদ পিথোকনু।।২৩।।

ইতি শ্রীশঙ্কর ভাষিতং ত্রৈলোক্য মঙ্গল নামক লক্ষ্মী স্তোত্রং মনিপুরী অনুবাদ সহিতং সম্পূর্ণম্ ।

মতাং অসিদ শ্রীশঙ্করণ হায়খিব ত্রৈলোক্য মঙ্গল কৌব লক্ষ্মীগী স্তোত্র মনিপুরী লোন্দ হন্দোকপ লোইরে।।

---

## ব্রজবিহার :

কস্ত্বংব্রজ বলামুজস্ত্বমিহ কিংমন্মন্দিরাশঙ্কয়া।
বৃদ্ধংতন্নবনীত কুম্ভবিবরেহস্তং কথংন্যস্যসি।।
কর্ত্তুং তত্রপিপীলিকা পনয়ণং সুপ্তঃ কিমুংবোধিতা।
বালাবৎস গতিংবিবেক্তুমিতি সংভল্পন্ হরিঃ পাতুবঃ ।।১।।

মতম অমদ শ্রীকৃষ্ণন কনাহন্বী গোপীগী য়ুমদ চংভি মাখোল হুয়ানখি। অদুদ গোপীন উরদুন হংলকই 'নং কনানো হায়?' শ্রীকৃষ্ণন থুমকই, 'ঐ বলরামগী মনাওনি' গোপীন অমুক হংলকই 'অদুদ কৈদোব চংলিব' শ্রীকৃষ্ণন

থুম্নকই 'ঐ নংগী য়ুম থংগে হায়রূন লাকপনি' গোপীন হায় 'মাথোল অনী লৈব অহুদ মাথোলগী চক্ষুদ করিগী নথুং থিংজিল্লি?' শ্রীকৃষ্ণন থুম্নকই অহুদি:— 'চক্ষু অসিদ ককচেং অমসুং তীল তারে অদু লৌথোক্কে তৌবনি' গোপীন অমুক হংলকই 'করে' অঙাংন মুংঙায়ন তুম্লিব অহুবুন করিগী হৌদোক্লি? শ্রীকৃষ্ণন থুম্নকই 'অঙাং অসিদগী মমাও মচা পুম্নমক কদায়দ চংশ্রবগে হঙদৌবগী হৌদোকপনি' মওং অসিদ গোপীগ লোইনন য়াহং পাউথুম তৌথিব শ্রীকৃষ্ণন ঐখোয় পুম্নমকপু ঙাকপিসন্নু॥

জীর্ণাতরিঃ সরিদ তীব গম্ভীর নীরা
বালা বয়ং সকলমিত্য মনর্থ হেতুঃ।
নিস্তারবীজ মিদমেব কৃশোদরী ণাং
যন্মাধব ত্বমসি সম্প্রতি কর্ণধার॥

নোংম শ্রীকৃষ্ণন হিনাওশাব ওইহুন গোপীশিংবু হি লানথি, মতুম অহুদ গোপীশিংন তুরেনগী অরুবদু উবদ হায়রকই অহুদি:— হি অসি য়াম মরে অকায়ব ওইরে, তুরেনসু ঈশিং অসিন থল্লে ঐখোয়দি নুপী মচা ঙাক্তনি, মরম অসিন কাম্নবরোই। হে কৃষ্ণ! ঐখোয়দি ইশা পাবী ঙাক্তনি লাম্বোক্লবগী মরম অহুদি হে মাধব! নশান মতম অসিদ হিনাও শাহুন লাম্বোকপিয়ু॥২।

শ্রীশ্রীকৃষ্ণোজয়তি জগতাং জন্মদাতাচ পাতা
হর্ত্তা চান্তে হরতি ভজতাং যশ্চ সংসার ভীতিম্।
রাধানাথ: সজলজলদ শ্যামলঃ পীত বাসৌ
বৃন্দারণ্যে বিহরতি সদা সচ্চি দানন্দরূপঃ।।৩।।

মরোল অহুমবু সেম্বিব, ঙাকপিব, লোইশিনবগী মরম ওইব, মনাই ভক্তশিংবু সংসারগী ওইব অকিব লৈহন্দব ফুইন হৌরকপ নোংবু ঙমজব শংবান্নব কুচু ওইব সনাফিগে নাপু শেংপ শ্রীকৃষ্ণন মতম পুম্নমক্ত বৃন্দাবনগী বন খুদিংদ শান্নরিব সচ্চিদানন্দগী মশক ওইব শ্রীকৃষ্ণন মতম পুন্নমক্ত জয় ওইরি ॥৩॥

জ্যোতীরূপং পরম পুরুষং নির্গুণং নিত্যমেকং
নিত্যানন্দং নিখিল জগতা মীশ্বরং বিশ্বরীজম্
গোলো কেশংদ্বিভুজমুরলী ধারিণং রাধিকেশং
বন্দে বৃন্দারক বিধিহর ত্রাত বন্দ্যাংঘ্রিপদ্মম্ ॥৪॥

ইবুংঙো মহাক্ত মঙালগী মশক ওইব গুণগী বাংমদ লৈব, তশেংব পরম পুরুষ ওইব, অমাং অতা লৈতব, মরোল অহুমগী মবুংঙো ওইব। ব্রহ্মা, শিবনচিংব পুম্নমক্ত ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণদ খুরুম্ন পাম্বোম্ন অনী পানব খুৎত মুরলী পায়ব শ্রীরাধিকাগী খবাইগী মশক ওইদুনা বৃন্দাবন্দ লৈব. ঐন অহুণ্ডম্ব গোলোকগী মবুংঙোগী মখোং থম্বান্দ খুরুমজরি ॥৪।

যেষা শ্রীমদ্‌যশোদা স্তুতপদ কমলে নাস্তি ভক্তি নরাণাং
যেষাং মাভীর কন্যা প্রিয়গুণ কথনেনানুরক্তা রসজ্ঞা।
যেষাং শ্রীকৃষ্ণলীলা ললিত গুণ কথা সাদরৌকর্ণৌ
ধিক্তান্ ধিক্তান্ ধিগেতান্ কথয়তিনি তরাংকীর্ত্তনস্থো মৃদঙ্গ: ॥

শ্রীহরিগী সংকীর্ত্তন্দ পুংন-'ধিকৃতান্ ধিক্ তান্ ধিক্ তান' নচিংব. মখোল থোকই, অদুগী মরূ ওইবদি অসিনি—পুং অদুন মথক্কী অসি চায় অদু অরাব কোংলিবনি। অদুদি অসিনি—শ্রীকৃষ্ণগী মখোং খম্বালদ মখোয়গী ভক্তি লৈত্রব, মাগী মরৈ অদুন যণ্, গোপী পুম্নমক্কী মুংশিকম ওইব শ্রীহরিগী গুণবু শোনবদ পামত্রব, শ্রীকৃষ্ণগী লীলা তাবদ নাকোংগী মুংঙায় পোক্রবী মী অদো তোল্লি, তোল্লি, তোল্লি হায়রীবনি ॥৫॥

বৃন্দাবনে বৃক্ষলতা প্রতা নৈর্বৃন্দাবনেশস্য বিহারহেতো:।
পুরাবিধা ত্রারচিতান্ সুকুঞ্জান্ জগাম কৃষ্ণ:সহরাধয়া স:॥৬॥

শ্রীবৃন্দাবনগী মবুংতো শ্রীকৃষ্ণগী শান্নবগীদমক ব্রহ্মা মশামক্ন বৃন্দাবনদ মথল মথলগী উ, উরী, পুক্লিং হুরব কুঞ্জ বন সেম্মী। অদুগুম ব্রহ্মান সেমখ্রব কুঞ্জবনশিংদ শ্রীকৃষ্ণন রাধাগ লোইনন কোইন চত্তুন শান্নে॥৬॥

নবীন মেঘোপম নীলদেহ: সুপীত পট্টাম্বর যুগ্মধারী।
স্মিতানন: কুণ্ডলবান্ কিরীটী বংশীধরো মালতি মাল্য ধারী॥৭॥

শ্রীকৃষ্ণগী মকচাংগী কুচুদি অনৌব নোংলৈমাইগি শংঙি, কজরব নাপু মচু ওইব ফিগে শেৎলি, মোমোম নোকপল

ফজে, নাকোং অনীদ কজরব কুণ্ডমন নীংথিজরি কোক্ত লুহুপ খুজ্ঞা বাশী ভকশমদ মালতীগী পরেং থোঙিব শ্রীকৃষ্ণন কজরি ॥৭॥

গোপীজননা যমিহ কামদৃশা ভজন্তে
যংভক্তি ভাজ ইহ কেবল ভক্তি ভাবৈঃ ॥
যংযোগিণো হৃদি ধিয়া পরি চিন্তয়ন্তি
তংকেবলং কমল লোচন মাশ্রয়েহহম্ ॥৯॥

গোপীশিংন অপাম্বগী মিংথেংন য়েংতুন নীংঙি, ভক্ত ওইব মীন ভক্তি তৌন মাবু নীংঙি' যোগিশিংন যোগ তৌদুন অয়েক পদ দর্শন তৌই অহুগুম্ব থম্বাল মিত্তা তাব শ্রীকৃষ্ণদ চংজকম ওইজরি ॥৯॥

বনে বনে কুঞ্জবনে মুরারিঃ
পরিভ্রমম্ ভ্রাজতি রাধিকাচ ।
সাইব কুঞ্জেরমত্তেচ রাধয়া
পায়াদ পায়াদিহ কৃষ্ণ একঃ ॥১০॥

বন-বনগী কুঞ্জ-কুঞ্জদ শ্রীরাধাগ লোইনন কোইন চৎতুন শাইরে অহুগুম্ব কৃষ্ণন ভাকপিনব লৈত্রব ঐ থায়বু ভাকপীগনি ॥১০॥

বৃন্দারণ্যে বিহরতিসদা বাসুদেবো দয়ালুর্গো
পত্নীভিঃ স্মরশত শরৈর্ভিন্নহৃৎকামু কাভিঃ ॥
গোপৈর্বা লৈরপিসহচরৈঃ সার্দ্ধমানন্দ যুক্তে
র্যোহসৌ কৃষ্ণঃ পরম করুণস্তংসদা চিন্তয়েহহম্ ॥১১॥

অপাম্বন বারবী গোপীশিংগ লোইনচুন বৃন্দাবনদ শান্নে, গোপ মচা অঙাংশিংগ লোইনন শান্নে অহুগুম্ব থৌজাল হেব শ্রীকৃষ্ণবু মতম পুম্বমক্ত ঐন নীংজরি ॥১১॥

ইতি শ্রীসৌভাগ্য লক্ষ্মীঃ মনিপুরী অনুবাদ সহিতা সমাপ্তা ॥

মতাং অসিদ শ্রীসৌভাগ্য লক্ষ্মী কৌবীবু ইম্ফাল লৈব বাংস্য গোত্রদ পোকপ বেদগর্ভ শর্ম্মানা মৈতৈলোল অনুবাদ তৌব লোইরে ॥

সমাপ্তোহয়ম্ গ্রন্থঃ ॥
অসিদ পুমলোই লোইরে ॥



# অরানবা চুমথোকপা

| | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|
| ১। | দেথাধিপো | দেবাধিপো |
| ২। | যজ্রহস্তো | ব্রজহস্তো |
| ৩। | ভগুর্লং | ভগুর্লং |
| ৪। | নাক্রেসস্তে | নাক্রেমস্তে |
| ৫। | কৃষমমধ্য | কৃষমধ্য |
| ৬। | কুচরিএশীলা | কুচরিত্রশীলা |
| ৭। | সুহৃৎ | সুহৃৎ |
| ৮। | স্তোষেদপ্ম | স্তোষেৎপদ্ম |
| ৯। | রাঘন্তেই | বাঘবস্তেহ |
| ১০। | অহষিণী | সহায়িণী |
| ১১। | জ্ঞামযজ্ঞ | জ্ঞানযজ্ঞ |
| ১২। | লম মুত্র | নমুত্র |
| ১৩। | ক্রমিহি | ক্রহি হীশঙ্করি |
| ১৪। | ঘুলপদয়া | স্থুলোপদয়ীনি |
| ১৫। | যুগ্ন | যুগ্ম |
| ১৬। | যুগ্ন শ্রীফল | যুগ্মশ্রীফল |
| ১৭। | যুগ্নাঙ্গদ | যুগ্মাঙ্গদ |
| ১৮। | তুংপনিদ্বীপে | মণিদ্বীপে |
| ১৯। | মিলিখ্য | বিলিখ্য |
| ২০। | যইহমর্ত্ত্যো | যদিহমর্ত্ত্যো |
| ২১। | সইস্রশ | সহস্রশ |
| ২২। | থাজবে | ঋজবে |

— — - —